# ঘুমজাও লাইরেনবী

অইবা—

শ্রীলোইতোংবম কালাচাঁদ সিংহ


ফোঙবা—

ওঃ কেঃ ষ্টোর

পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

[ ...ব পুম্বা অইবগীনি ]    [ মমল লুপা [redacted] তনি ]

# ৱাহৌদোক

মৈতৈ লাইরোল অরীবা, মল্ল মল্ল লৈনুংশি, নুংশি-নুংশিখ্রবা ৱারী মৈতৈ জাতি ঐখোইগী লেমজনফমগী মশক ওইরবা লাইরিক লাইগুম কয়া থীবিনবা য়াওদবনা, চহি কুমজা কয়া কয়া পলেম মৈতৈলৈমগী মতম্পাক্তা য়াতাদুনা লৈরুরবা অসিবু ইরৈবাকীদমক কদাইদা মাংখিগদগে থনবিদুনা পলেম নুংশিজরবা পুকচেন চাওবা শ্রীতখেলচংবম কাশীরাম শর্ম্মা পণ্ডিতনা খোমজিন্দুনা থমবিরম্বদগী ঐনা গুরুগী মফমদা খঙ্গবা মরমদগী খ্বাই তরাগী খুয়াদা গুরুগী মঙাল থর খজিক নাটক্কী মওংদা "য়ুমজাও লাইরেনবী" হায়না কোলোয় মিথৈ লৌজদুনা মৈতৈলাইরোন অরী থেৎনা লোন্না ফোংদোকচে।

নাটক অসি ওইনবা হোৎনবদা ঐগী নুংশিখ্রবা মরুপশিং "রূপমহল" আর্টিস শ্রীযুৎ হৱাইবম নীলমণি সিংহনচিংবনা ডিরেকসন তৌবিদুনা ইজবনি। মসিগীদমক মরুপকী মফমদা লমন তোল্লিবনি। মণিপুর ইডুকেশন ডিপার্টমেন্টনা লাইরিক অসি ফোংননবা লুপা ২৫০৲ সু মতেং পিখি। অদুগা মাসিগী মথক্তা ওঃ কেঃ ফৌরনা অরাবা পুম্নমক পুবিদুনা ফোংবিরিবনি। মরম অসিনা খ্বাইগী মফমদা ঐতনা লমন তোল্লিবনি। ইতি—

খ্বাইগী -

শ্রীলোইতোংবম কালাচাঁদ সিংহ

য়ুম্নাম লৈকোই।

## ড্রামাদা চঙগদবা মীকোক

### নিপা

১ থাংপোকতোন — মৈতৈ নিংথৌমচা

২ খারমহাবু — খুমন নিংথৌমচা।

৩ খাবাতোন — খুমন নিংথৌমচা।

৪ পুয়োমখোবা — মোইরাং নিংথৌ।

৫ পাময়োমহৈবা — মোইরাং মন্ত্রী।

৬ তোলেন — খুমন অঙম্বা।

৭। খুরাং — খুমন অহন।

৮। মুড়া — মোইরাং মন্ত্রীগী মমাই।

৯। লালহাবা — মৈতৈ নিংথৌগী মাইচৌ।

### নিপী

১। নোঙাইপেতংঙা — খুমন নিংথৌগী মচানুপী।

২। লৈশ্রিকখোম্বী — মোইরাং মন্ত্রীগী মচানুপী

৩। মাইনৌ — নোঙাইগী মতা।

৪। ১বা মতা — লৈশ্রিক্কী।

৫। ২বা মতা — ”

১। শাগৈ নাতে মৈতৈ নিংথৌগী
মৈতৈনিংথৌ মমিং মুরাংবা
মহারাণীগী মমিং স্নাখোংদিং লৈমা

মচা ৭ কী মমিং—

(১) নোংমাহেনবা
(২) নিংথৌতম্বা
(৩) লৈহৌজবা
(৪) য়ুমজিংবা
(৫) শাওইবা
(৬) ইরুহনবা
(৭) থাংপোকতোন।

২। শাগৈ নাতৈ খুমন নিংথৌগী
খুমন নিংথৌ মমিং খাবাচাখাবা

মচা ৮ গী মমিং—

নিপা— (১) খারমহাবুহনবা
(২) খারম য়াইমা
(৩) খারমখা
(৪) খারমথেক
(৫) খারমতেকহৌবা
(৬) খারমখু
(৭) খাবাতোন

নিপী-- (৮) নোঙাইপেতংঙা

য়েংগদবা - হায়রিবা বারী অসি হয়াচক (ত্রেতাযুগ) কী মতমনি ফিজেৎ চাকচা য়ামনা চাউখৎপা মতমনি।

## সল্লাই ৭কী শেৎকদবা ফিজেৎকী মচু।

১। নিংথোজা — থম্বাল মচু

২। মোইরাং — ভাংনা লাংবা

৩। খুমন — অমুবা

৪। অঙোম — অঙৌবা

৫। লুৱাং — হিগোক

৬। খাবা ঙানবা — অশংবগা অঙৌবগা লাংবা

৭। চেংলৈ সরাংলৈশাংথেম — অশংবা

শিগদৌবা লিক-কোন মহৌশাগী ওইবা পোৎ, থরোই মনিং থমচেৎ মরু চংনিং, নোংথৈ, মুক্তা ( মুং )।

মুপীগী ফনেক নিংথৌজাগী থম্বাল মচুনা মপুং ওইরগা লোলবা অসুমনা সল্লাই মথক্তা পিরিবা মচুশিং অসিনা মপুং ওইরগা অতৈদি ফগদবা মওংদা লোনবা, য়েক-খোৎপা। কনাক ফনেক, শাশা ঙাশবা।



# প্রোগ্রাম

১—১ খুমন গুরু পুন্সিবগী লাই শুমাং

খারমহাবু, খাবাতোন, তোলেন, খরাং, খুমন নিপা খর, জগোই শাবা ৮, নোঙাই, মাইনৌ, থাংপোকতোন।

১—২ তুরেল মপান লম্বী

খারমহাবু, খাবাতোন, তোলেন, নোঙাই, মাইনৌ।

১—৩ য়ুম মনুং

নোঙাই, মাইনৌ, থাংপোকতোন, খারমহাবু, খাবাতোন, তোলেন, খুমন নিপা খরা।

ড্রোপ

২—১ লোক্তাক খোংবান চীং

থাংপোকতোন, নোঙাই, তোলেন, অয়াংলৈমা, বাংব্রেন লৈমা।

২—২ মোইরাং লাইহরি ইরেন তোর্বান

লৈশ্রিক-খোম্বী, মতা ২, পাময়োম হৈবা, মুড়া, মোইরাং নিপা ২, থাংপোকতোন।

২—৩ মোইরাং কংলা

পুময়োম থোবা, পাময়োম হৈবা, মুড়া, ফমনাইবা খরা, থাংপোকতোন।

২—৪ লৈশ্রিক্কী য়ুম

লৈশ্রিকখোম্বী, মতা ২, থাংপোকতোন, মুড়া, পাময়োম হৈবা।

ড্রোপ

৩—১ যুদ্ধকাল লমী

থামমহাবু, খাবাতোন, মৈতৈ ফমনাইবা, মৈতৈ থবা, নোঙাই।

৩—২

অয়োইবা

খাংপোকতোম, সল্লাই ৬ কী নিংথৌ, চৌংশাংলাকপা অনি থাং হাইবা ৪, তা-খোশাবা ৪, পুময়োম থৌবা, অজন অথৌ ৫, হাও-জগোই শাবা ৮, থামমহাবু, থোংঙাকপা ২, লালহাবা, নোঙাই, লৈশ্রিক খোঙী।

---

# "য়ুমজাও লাইরেনবী"

অহানবা মতাং

১বা উৎপা

মতম - অয়ুক নুমিৎথোরকপা

মফম - খুমন গুরু পুন্সিবগী, লাইশুমাংনি

মরম—লাই উমংগী ময়াই ওইনা অচৌবা অপাকপা নুং অমা লৈ। নুংগী অকোইবদা গুরুগী খুবম মপাদমক্ থারগা, খুমন্ অথোবা ফমনাই ফমনাইবা পূমনমক্ নাকয়েন্তা কোইনা ফমলি। খারম-হাবুনা নুংপাক্ মথক্তা খুত্তা তা পাই, লেপ্তুনা হায়রকই—নোঙাই, মাইনৌ অসি য়াওরি।

খারমহাবু—হেঃ খুমন্ কৌবা গুরু লাকহৈ চাহুম পূন্সিবা শুরোল অহুম তানসিবা, ঙসি কৌবা নোং, মালেম্ অঙানবা, য়োইময়াই অঙানবা মহাক্তা, নোংপোক লোইবী চীংদগী নশেক নঙান লিশিংগা লাংগোই খোংদোই হুল্লকপা নশু ঐখোইনা খুবাং চাংজো লোম্না ইদুকাইদ লিশিংনা হম্না হম্না পুরুমজরিয়ে।

( মহাক্তা লোইননা তিল্লিবা খুমনচা পূমনমক গুরুবু খুরুম্মী )

খারমহাবু—হে গুরু পোকলগা গুরু নংগী শাগৈ ভাইরিবা, গুরুগী চাখায়া মহাকপু, লান্‌থুমচোমাই লৌখিবা মৈতৈ সন্নাই নিংথৌ মুবাংবা মহাকনা গুরু নংগী নশুশিংনা, তাইবংশিংশাপাল 'সিদা মালেম নৈদা পান্নিংদ্রে, মী'থদাংমখা থা মীথাপোন্না পানগদবগী শরুক্তি। চিগু নংগী নশাইগোল, খোইয়ুম নংগী নশুমাং নমুপোংলমচৎ থকসি কাঁবল চল্লিবা পাইমশিংনা লোমলিবা নশু ঐখোইনা গুরু নংগী খুয়ারেল থম্বাল নৈকা মানবদা ইন্না নাপিচিক, লুবাই শমদোং ফোই চাংজৌ চেপ্পা পন্থৌ লমনশিংডম্বা মুবাংবা মাবু হাৎডম্বা নিজরি ঐখোইনা খুমন্ পোকপা গুরু নংনা কুবিয়ু ॥

[ মতম অসিমক্তদা খুমন্ পুংজাও থিল্লি, নাকন্ অমদগী খুমন্ অকুম্ব অথৌ থবনা মখুত্তা খুৎলাই পাঙ্গৈতুনা গুরুগী নুংপাক য়েৎ-শুনা কোঙ্গিকই নাকল অমদগী অতোপ্পা লাম্মীশিংনা মথকী অয়ুমনা চংঙ্কই, গুরু খুবম মপাদা থুরুমদুনা কোঙ্গিখি মখোই লানগী জগোই শাবে ] খারমহাবু নুংপাক্তা লেপ্তুনা অগ্গ নাইনা ত্রা খোশারি। জগোই হেক লোইবগা তোলেন মখুত্তা খুৎলাই পাঙ্গৈদুনা ফিংলপনা চংলক্তুনা লেপলৈ, ময়ামনা মণ্ডোন্দা খোয়াংবা য়েংই খারমহাবুনা হংলকই ]

খারমহাবু—তোলেন্ কমদৌবা, করি পাও !

( তোলেন্ ময়াম্ মমাংদা হায়দোকনিংদবগুম তৌই )

ময়াম্, অয়ুম, খুমন্ পুম্নমক তাসম্মু।

তোলেন—তাকপিবা য়াবা ভুংইম্না. ফিজেৎ ওন্মুনা নরাইনা খাপজিনা তাজরকলে, মৈতৈ কংলা চংদুনা।

খারম—তম্মু তাসি।

তোলেন—নিংঙাই শাংদনরে, মৈতৈ নিংথৌ মচাশিং মহৈ মহৈ, ভুয়েন ভুখুন থৈ, খুমন্ লৈবাক মাংনবা. লাউরবদা মৈতৈ নিংথৌ ফত্রবা মুরাংবা মানা, য়ানথরে মচা তরুকমক্তি চিংনবা লৈতনা।

খারামহাবু—হা খুমনবু মৈতৈনা অশুক উৎশিৎখিদ্রবা।

তোলেন—মৈতৈ নিংথৌমচা খাংপোকতোন মহাক্তি ভুয়েল ভুখুন থৈফদে, খুমন মীচং চংই হায় মচিল্লা মরৈরা? তাজরকই অস্নমনা।

খারম—ওইথোক্তবা রাফমনি।

ময়াম—নমথাকনি, নমথাকনি!

তোলেন—মৈতৈ অঙম অথৌ মমাংদা, ময়াঙ্গুংইন সোমা হৈনবনা তাম্নোকশ্রে খাংপোকতোন মৈতৈ পোইরে পুংলনী।

খারম—অতুদগী কমদোবা?

তোলেন—ইকাই মুংশি য়াম্নবা মখা ক্রক চিক, চৎখ্রে খাংপোকতোন মমাই খারম পাংনা হৈনা ভুংইনজরকই নরাটনা, খুমন ওমদাইপুং য়োহৈরে, খাংপোকতোন।

খারামহাবু—(খাকূন-নোক্তুনা) হাঃ হাঃ হাঃ মৈতৈ মরক তৌইদা খুমন্ লম্খিৎ-ভুমিৎ অথুপ্পা, হয়েল লাম্ফোং অকবা খরজোকে লাকইবোইরে, মহাক্তি। হাঃ হাঃ হাঃ

ময়াম—মাগ্নি মাগ্নি অচুম্বনি।

খারমহাবু—( লাওরকই )

তাবিরেদনা খুমন অথৌবা পূমনমক,
মরৈচাউবা মৈতৈ নিংথৌজা খাংপোকতোন,
খুমন্ অরোন-অথুপ্প খঙনবা য়োরক্নে খুমন পুং।
ফংগনি মানা মথিন চাউনা মাবু ফাদুনা পীঙম্বা,
ইমুং তুমনা হাৎকনি খুমন কনাগুম্বনা মাবু চংজফম পীরবা
খারমহাবুহনবা ঐহাকনা থৌদু খোংনেৎমদুনা
লাওথোকলিব'সিনি, তারো খুমন্ লৈবাক মচাশা!

ময়াম—মাগ্নি মাগ্নি মজা ইবুংঙো, লুরেল মঙক কক্ খুমন্ লুখা থানগদবনি।

খরাং—( খুমন্‌গী অহন )

খুমন্ ইনিংথৌ খাবাচাখাবা মপারি তরেৎমক, পুকচেন খোইজেন তিন্নরবদা খুমন সল্লাইচা পূম্বনা, মৈতৈ মুৱাংবা মাদি তারাইথোক, সল্লাই তরুকমকনস্থু হুয়েল লান্দারক্তুনা, খুমনবু তাংজা মাইথিবপিবদি ওইথোক্তবনি খল্লিনা, মজা ইবুংঙো!

খারমহাবু—মাগ্নি ওইথোক্তবনি, ঙসি শরি নামুংনসি খুমন্ অথৌবা পূমনমক।

( খারমহাবু তা হুনগৎলগা ওকই, ময়াম পূমনমক মখুত্তা খুৎলাই পাঙ্গদুনা হৌগৎলি মতম অসিদা খারমহাবুনা ময়ামগা লোইননা রাশকই )

খারমহাবু—( য়াশক )

য়োইময়াই তাণ্ডলবা, কোরৌথক্তা ভাল্লিবা,

নমুপোংলমচৎ খঙদ-উদ লৈতবা ··· ···।

ময়াম—( খুম্বা )··· ···

খারমহাবু—মঙাং, লুবাং, খুমন্ গুরু অহুমগী শকলোনবু পুন্নিবা খঙবিহৌ য়োইময়াইশিদবা অঙানবা নংনা।

ময়াম—( খুম্বা )··· ···

খারমহাবু—খুমন্ নিংথৌ, চাখাবা লাল্লুম্ চোমাই লৌখিবা লুন্নেল মঙককক্ চাখাবা লমনশিংবনা শরিনি খুমন্ ঐখোইগী।

ময়াম—( খুম্বা )··· ···

খারমহাবু—খুত্তা পাঙ্গবা খুৎলাইবু য়ান্নেল কুন্থ্রা চিক খুমন্ গুরুনা খঙসনু ঙসি শারি নামুংলবনি।

ময়াম—( খুম্বা ) ··· ···

( খুম্বা হেক লোইবগা খুমন পুমনমক চপ মাননবা মানা মানা পাঙ্গবা খুৎলাই চিক্তুনা য়াশকই। )

খারমহাবু—য়াইফরে য়াইফরে খুমন অথৌবা পুমনমক, চাইথোক্তুনা হুজিকমক মাইকৈ শুমদাই মরিমা, উপ্পা তাবা পামেল-উনা লোং, লোংনা তাবা পামেল উনা উপ্। মৈতৈ নিংথৌজা, ফাবিদুনা খুমন্ ইখুত্তা শিননবিয়ু। মাইকৈ'সোমদা চৎলগে ঐনা। ( থোকখিবা )

ময়াম—কনি কনি মজাইবুংঙো।

[ মাইকৈ তোপ্পা তোপ্পা খুমন্ অথোবা পূমনমক চমনতু। খুমন্ মুপী থরস্থ চংনখ্রে নোঙাই মাইনৌ অনি নৈরোমি ]

মাইনৌ—ইবেম্মা ইবেম্মা! ( ইথক ইরাংকানা )

নোঙাই—করিনো ইতা। ( থৌওইনা তাদে )

মাইনৌ—করিনোসিবু ইবেম্মা! ইবেম্মা !!

নোঙাই—কৈদৌরগে' মুক ফিংলি'সিবু।

মাইনৌ—করিনোদা ফিংদবা য়াত্রা অসিবু।

নোঙাই—হোইনে হায়রোনে।

মাইনৌ—নুঙাইরে ঐনা নিংবা থুংজরে।

নোঙাই—মরোল মরিল্‌দি খঙদনা।

মাইনৌ—মৈতৈ নিংথৌজা ফারনি, নুরেল মণক কক্লগা, খুমন্ লুখা থারনি, পম্ভৌ লম্মন শিংলনি।

নোঙাই—করিনোদা ইতা নংশিবু মৈতৈ নিংথৌজা অমতং হাৎলগা, শকপয়নে পম্ভৌ লম্মনশিংবা। ঙম্লগা হুয়েল লান্দানিনা মৈতৈ পোইরৈপুংদা।

মাইনৌ—ঐদি পেল্লি ইবেম্মা, মৈতৈ সল্লাই মচাদি অউ অউ নুরেল মণক কক্কদোকনি।

নোঙাই—হায়হৈদেনে মাইনৌ নংকো।
ইরান লোইয়ুম পাংলসি লাকও!

মাইনৌ—করিগী তাহা তাহা লেংগনি, মৈতৈ নিংথৌজা কাবকপা ইম্ফিং থিৎনা য়েংখিনি।

মোডাই—লাকও ইতা নংবু, মুপীজা নশিন নত্তেনে।

মাইনৌ—মান্নি ইশিন্নি, থুমনপোকপা ইবুধৌ !
 মৈতৈ নিংথৌজা ফাহনবিয় লাইনিংথৌ।
 লেংলসি লেংলসি ইবেম্মা !

মোডাই মাইনৌ চৎপা হৌয়ে,
তোলেন মাইকৈ অদোমদা লাক্কুনা থেংনয়ে।

তোলেন—মাজাইয়বেম্মা মুয়াই মকাই পাংলগেয়া ? তফিং তফিং
 নপু-ননাই লেংলকপবু।

মোডাই—( মতাদা ওনশিন্দুনা )
 তথক্ তথক্ হল্লকপবু চিথ-নাম্ব করি য়াওরবনো ইতা !

তোলেন—( নোকফেৎ তৌনা )

থম্বাই-মীয়েন য়াওদনা, ওম্বগে কনা চৎপা,
মীয়েম ওইবীনা লৈহোৌবা করমনা চৎকনি ঐনা।
মীয়েল লৈনম তারগা খোইমু কনানা পাইখিবা ?
লৈরাং লৈশক উরগা, য়াওবরা হেক-নিংডোইদবা ?
লৈরাং লৈথোং শংজবা পীনবিরে ঐডোন্দা মপুনা।
খোইমু শাখপ তোইজবা থুমন্ য়াথং ডাকপনি।

মাইনৌ—কজে অওম্বা থুমন্ অথৌবা নত্তিকনি। মৈতৈ নিংথৌজা
 ফারুনি, অওম্বা খোংদোই হুনখিদাই। পাইমা লৌশিং
 চাউবনি করি থন্দুনা হল্লকপা।

নোঙাই—হৌজিক্কদি ফাবিরম্রিনি।

মাইনৌ—লুরেল মঙকতুম কক্লম্রিনি।

তোলেন—হেঃ হেঃ মাগুম্বনা লিৎকদবা কদাইদনো? মাইকৈ পুম্বা লাঙ্গোইচন্ য়ারৌ শজি তুবানশা থাম্বী মৈমাং থানা চেল্লকপা, খুমন্ য়েক্ল লাংদগী লিৎকনি কৈদগী, লাঙ্গোয় চনখ্রবদা খুমন-শান্মী-লাম্মীনা ময়াম্বুং ময়াথং ইবেম্মদা ভাইহোরে, খুমন্ কল্লকপা য়াম্মিদো, অদুগী হল্লকপনি মাইনৌ।

নোঙাই—মশিন নত্তা মথৌশা, মথৌ নত্ত মশিনশা মীগী মচাইদমক বাবিরেদা ইতা।

মাইনৌ—হোয়নে ইবেম্মা, মীগী মচাইদমক, য়াইবী থবাই মাঙ্-নরিদনা ভাইবংসে।

তোলেন—অচুম্বনি মাইনৌ! মালং মুংশিৎ অকনবা, তুংগুই নাতৈ থমদুনা খোইমু শাখপ তোইরকপা শিঙেল মশুংলাংগী নত্তবরা? লৈরাং লৈহি চেল্লিঙৈ, খোইমু মানা ইনববু চিঙু মাগী মপোতাক লৌজববু নত্তবরা?

নোঙাই—তিংথংনা নাওয়োম ওইরিবী, শিঙেল তিংথঙ-নাওইবী লৈরাং নাক্তা পাইরকপা, খোইমু শাগল তেকপনি।

মাইনৌ—'ডুম্ব ইবেম্মা লৈরাং মশুং লাংগীনি

তোলেন—নংস্থ মতারিগনি, হায়'স্ত হায়বনি মাইনৌ খুন পুংসিদা খুমন্ তোলেন ঐদবু ময়াম্বুংশিংনা মুংশিবি করি করিবু থনবিবনো।

নোঙাই—চৎলসি লাকও ইতা, থকশি কারন বা নাপদবু হাপনিংদে,

অমল য়াইথোং কুমথ্রবা, শজিক মতুং ইনথ্রবা, থাবা মমৈ থাইথ্রবা, পঙ্খৌ ইপানা কোম্বৌ কিরুক হাং, তাথিবা থোক-লবদি, নতা ঐবু কল্লি থনথিনি।

(মতম অসিদা মপানলোমদগী "থৎলো থৎলো, হাৎলো হাৎলো" হায়না লাওরকই):—

তোলেন—মাইনৌ থোগল লাইরেক্ফদে শোইনিকো! মৈতৈ নিংথৌজা ওইবা তারে চৎলুথিগে ঐ অদুক।

(তোলেন চেনখি)

নোঙাই—তাংজ ইকাই খঙদেদকো ইতা লাইমা।

মাইনৌ—লেঙসি লেঙসি ইবেম্মা, সিদা লৈবা কিজরে।

নোঙাই—নংবু মৈতৈ নিংথৌজা কাগনি হায়বদাই।

[মতম অসিদা থাংনা শোকলবা থাংপোকতোন সোর ফুইনা ফুইনা হোন্দুনা য়ামনা চোকথনা চংলক্তুনা লাইসুমাংদা তুররে, নোঙাই অমসুং মাইনৌ খঙপ্রেং খঙই, নোঙাই থাং শৎলি]

থাংপোকতোন—কিগনু মুরা ওইবিশা! নকায় লাংদা থুপচরগা য়াইবী হিংগবরা চংজরকপনি।

নোঙাই—নোঙাই ইকায়দা চংলগা য়াইবী হিংনি খল্লিবা।

মাইনৌ—থুম্মু হায়যু কনানো নং? মজাইবেম্মনা হংলিবনি।

থাংপোক—মজা ইবেম্মনা হংলিবা! ফরে ঐ নিংথৌমচানি ইমিংনা থাংপোকতোন কৌই ইবেম্মা!

মাইনৌ—মৈতৈ নিংথৌমচা থাংপোকতোন (কিহুনা মশা নিকপা) ইবেম্মা!

নোঙাই—ঙাইখো ইতা।

থাংপোক—চিংনগনু ইবেম্মা য়েরুবা ওইনা খনগনু অদুবু অবাবদি খুমন অখোবশিংনা ঐগী য়াইবী তেমশিংলি।

নোঙাই—ঐহাক খঙজে।

থাংপোক—মৈতে নিংথৌ মুরাংবা মহাকথক্কী, পম্বৌ লমন শিংনবা পাখং য়াইবী লোৗগে খল্লবসু ইবেম্মা মুরাই নকাগদা চীংগু মানা পুশিল্লকলে, ননিং তৌবা য়াগনি।

নোঙাই—অদুসু ঐ উজরে।

থাংপোকতোন—( মখুত্তা পায়বা থাং হুন্দোক্লকই ) লাও ইবেম্মা, মুরাই খুৎশু-থাংনা পাখং ফিরাক থাঙবা য়ায়েনা ইবেম্মা।

( থবাক য়াবা )

নোঙাই—ঐগী পাওখুমদি পিজদ্রি।

থাংপোক—ফরে মুরাই পুক্লিং খঙজরে।

( থাংপোকতোন বানা হৌগত্তুনা চৎকে তৌই )

নোঙাই—ঙাইবিখো।

( থাংপোকতোন লেপই মোঙাইনা মাইনৌদা হায়রকই )

ইতা অকিবা থবক অমা পাংথোকসি নং য়াওদনা ঐগী পাম্বে লৈতরে।

মাইনৌ করিনো তাকপিয়ু ইবেম্মা।

নোঙাই—তাবদা তুজুংবা থবকনি। অদুবু নংদি চেনফত্রে, খুমন্ চমুনা কয়াগী মতিক থোই হায়বসে নংতনা উৎকদবনি ইতা।

মাইনৌ—করিনো ইবেম্মা ননাইদি কিজরেদা।

নোংাই—কিগন্নু ইতা খুমন চন্নু নত্তিকনি। শরি শোল্লু ইতা ঐনা হায়বা ইনগনি। নত্রবদি ঐদি হায়ররোই ইতা।

থাংপ্লোক—( মাইনোদা য়েংদুনা )

মরম্মা ইবেম্মা হায়রিবনি শরি শোল্লু খুমন্ চন্নু ইখোংনা ইনংথিররবা ঐবু য়াইবী লোবদা করিগী কিরিবগে, লাও য়াইবী থবাই লৌরো।

নোংাই—করিনো ইতা শরি শোল্লো, শরি শোল্লো। ঐনা হায়বা ইনগনি শরি শোল্লো।

মাইনৌ—ননাইনা করম্বা মতমদা ইবেম্মগী য়াপুং হিকতোকপ্রবগে ?

নোংাই—হিকতোকতে ইতা অদুবু হন্দক্কী মতাং অসিদি খুমন্ গুরু পন্দুনা শরি শোনগদবনি নত্রবদি…

মাইনৌ—( কিনা ) ইবেম্মা।

থাংপ্লোক—খুমন্ চন্নুনবু কিবা হৌনব্রা ? শরি শোল্লু ইবেম্মা, য়াইবী থবাই লৌনবা।

নোংাই—মাম্নি খুমন্ চন্নুনা কিবা হৌনদে শরি শোনগদবনি ইতা।

মাইনৌ—শরি শোন্দ্রবদি ইবেম্মা!

নোংাই থিনপ্রে ইতা শরি শোন্দ্রবদি, ঐ থাজদে অরুবা থবক পাঙথোকপদা শরি শোনবা মহৌশানি, থিনবা য়াদ্রে ইতা শরি শোল্লু।

মাইনৌ—ওস্থোক্লা থাজবিখিদ্রে ননাই নতাবু পিশক পিকহৌদগী খোংগলজরকপা ননাইনি অদুবু থাজবিদ্রবদি শরি শোঙ্ক্লগে ইবেম্মা। "খুমন গুরু পূন্নিবা ইবুধৌ মাবু পন্দুনা ননাইনা

শরি নামুংলবনি, ইবেম্মনা তাকপিবা কোলোই য়াথং হিক-তোকচরোই ঐহাক্না।”

নোঙাই—ইখোইনৌ ইতা চাননবী অদুনিদনা খুমনচম্মু হায়বদি।

( নোঙাই ফিংলপনা মখুক্তগী থাং অদু মাইনৌদা পী। মাইনৌ কিনা কিনা মখুৎ নিকনা লৌই। )

পায়য়ু ইতা নিংডোন খুৎশু থাংসে। ককথৎলু অনিথোকনা ঐগী লমথাংসে।

( নম্‌থাং অদু মাইনৌগী মমাং তিংলি মাইনৌ অনি থোকনা ককথৎলি। )

চৎলু ইতা তারিবা ঈ অসি নং নিংথিনা তৈথোকলু।

মাইনৌ—( ডকনা য়েংই, ফি মচেৎ অমনা নোঙাইনা থাংপোক-তোনগী অশোকপা মফমদা তৈরিবা ঈ অদু তৈথোকই অমসুং পুনশিল্লি। )

**লাইট ওফ**

---

## অহানবা মতাং

## অনিশুবা উৎপা

**মফম**—অয়ুক

**মকম**—ভূরেল মপান লম্বী।

**ময়ম**—খাম্বামহাবু, খাবাতোন, নাকন্দা থাং অমমম্ য়ান্দুনা লম্বীদা য়ারি শাদুনা থোরকই।

খাৱমহাবু—লাকচৈদা ঐখোই তৱেৎমক লৈনা লৈনা, মৈতৈ নিংথৌ মচা খাংপোকতোনবু ফাবা ঙমহৌদ্রবনিকো ইনাওতোন।

খাবাতোন—মাদুগী খল্লুৱবদি মালেম লৈকোইপুংসিদা তাইবং মী- ওইনা পানবগী কান্নদে, করি কান্নরি ঐখোই ইচিন-ইনাও তৱেৎকী ইপাম্বোম পাঙ্গল চাউৱকলে হায়ৱবগী।

খারমহাবু—খল্লু খল্লু খুদিংদা থৱাই পূবা ঙমলক্তে। চকচাং অসি ৱাংলেন মিৎকুপ অমা ফাও মালেম লৈদা লেপ্পা ঙমশিল্লক্তে। অতৈ লাইরি ইনাওশিং মঙামক্তি?

খাবাতোন—ঈয়াংলোই মঙামকস্তু মদোম মদোম মানা মানা ভম্বা পাম্বে য়েংদুনা চৎপ্রি মৈতৈ নিংথৌজা থিবা।

খাৱমহাবু—কান্নদে ইনাওতোন খুকন পাঙ্গনবা মৈতৈনি। ছুয়েল লানথেংনবদা লাম্বা য়াবা মচা তৱেৎ পোকপা মৈতৈ নিং- থৌনি। ঐখোইনা শাম্মী-লাম্মী থোমদুনা অপূনবা ছুয়েল লানথোং অমা নত্রবদি মহাদা তাংজা মাইথিবা ওইগনি। অদুনা মংনা কোইনা চত্তুনা ইনাওশিং কৌরুদবা য়াদে ইনাওতোন, ৱা তান্নগদবা য়ামনা লৈরি।

খাবাতোন—অহোই!

খাৱম—অদুগা তোলেন অদুস্তু য়াওহন্নিংই ঐনা উননিংই হায়ৱম্মু শোইগনিকো।

খাবাতোন - ফনি। (থোকখিবা)

খাৱম - চৎলো চৎলো! ইনাওতোন (শোনবা) ওম্বোকইদা লাইনিংথৌ থোজাল হৈতেদা, লাক্লগা খুমন পুংদা, লাকচৈদা

থাংপোকতোন ঙমদ্রিকো ঙসি কাওবা নংবু ফাবা। ঐপাং! কদাইদনো নংনা লিংকদবদি কৈ ইনাওশিংগী প্যাও অমতংদি তাখিগে? (চংখিৱা)

( মাইনৌ লৈ পোলাং অমা পাঙ্গদুনা চংলকই রা অদু ফ্লগ্রে। নোঙাই তুং হুন্না হন্না য়েংদুনা থোকলকই )

নোঙাই—ইতা য়াম্নুংতোন্না করি হায়রমই?

মাইনৌ—তুমিন লৈয়ু ইতা তু! ( থারম চংখিবা অদুদা খুদোনবীনা খিল্লি )

নোঙাই · য়াম্নুংহন নত্রা ইতা?

মাইনৌ—মান্নি ইবেম্মা "খুমন্ পুংদা লাক্লগা ঙসি ফাওবা নংবু ফাবা ঙমদ্রিকো ঐনা লাকচৈদা খাংপোকতোন" অসি হায়রগা থরাই মুংঙাইতনা লেংখ্রে।

নোঙাই—হাঃ ইতা অদুরা? য়াম্নুংতোনদি করি হায়রম্মী।

মাইনৌ—অসিমকনি ইবেম্মা। অদুগা ইবেম্মবুসু হংলমই পন্থৌ নপা ইবুংঙো লৈতঙৈদগী মাইকৈ সল্লাই খংদ্রে হন্না তুনা য়েংবা ঙমখিদ্রে অদুবু নোংমা ইবেম্মবু হংবা লাক্লম্নি তাক-পিরম্মী।

নোঙাই অদুদি করমদৌনি ইতা নংবু?

মাইনৌ চিক্না হিরি কোনববু পাইমা রাখল ফুনবরা? ল্যাকা মুংগী অথুপ্পা, চিনবানলাংনা পনবিয়ু নশানৌ ঐনা পান্নিঙৈ, অরা হকশোক লাংহল্লোই হায়নিংবা য়ারা তাকপিয়ু ননাই নতা লৈজরি।

নোঙাই—খোইনৌ ইতা চাননবী করি হায়না পাউদমসিগে।

মাইনৌ—হেক্তা ঙাকপিয়ু, কনা খোইদোকপস্থ লৈত্তে ইবেম্মা।

নোঙাই—তাও ইতা! নিংথম্ কাম্বী লোয়রকপা, য়েন্নিং পাম্বা ওইরকপা; য়েংখি মাইকৈ খুদিংদা, নিংঙোল পুক্লিং হুরকপা, মতম'ঙ্গদনে ইতা নোংমা ঐনা পঙ্গৌ চাখাবা হিদেন্দা নিংঙোল পুল্লাং খুত্তা পায়, লাইজা ঈপাল লাংলুগে? ঈমু ময়োল শংলুগে? নতা ঐনা কুমলকপা চিংহি শম্ব'লস্থ লাংহৌদ্রে, ঈপাল লাংনিস্থ কাওথোকখ্রে। চিংখৈ ফিড়ুপ মাপন্দা, ইমা লৈস্রেল সিদবীনা য়াতববু পাওতাকলম, চিংখৈ পাংবা লমনুংশি অহিং তাংলৌ'থেংবদা লোইদাম থাজনা ঙানবা লম খুরাই খুন্দোনপান হুয়েল নাগ চিংদোন পুং, উশোয়না কারল কৈনা তোং নোংদা লাইরেন পাখংবই কংলা পাফল অরীবা, তুবী মথেক কোনবা লম লৈস্রেলনা শাইয়োন লম পাঙ্গোই-বীনা কোনবা লম নতা ঐনা উরুবা নিংঙোল পুক্লিং খোই-রাংখি।

মাইনৌ—চুম্মী ইবেম্মা খোইরাংকৈ।

নোঙাই—তাখোও ইতা! য়ারৌ শঙাই তুবান শা, খাম্বী মৈমাং য়াল্লকপগুম চেক্লা লাংদগী নাম্থোক্তুনা খারম পাঙনা পাই-রকপা চিংখৈ চেক্লা অপিখক য়াংদৌ লম্মাখাংদা শাদানবা তরেৎ থেংনরে, চেক্লা কায়দোং খংদরে লিংজেন থাবা শাদানবা চেক্লা য়াইবী লোগে তানরকপা মুজা শাইগোলমুংসিদা চেক্লা মাবু পাইরক্লে। নতা ঐনা ফারেদো, পোম্বী য়াইবী কল্লেদো

পোম্বীগুম চিল্লোকনা চেক্লাগুম চাকতামিন্না শাদানবা তরেৎ কিবনা পোম্বী য়োকসি কদাইনো? নতা ঐদি য়ারেদা, থাদোকখিসি ঙমদরে।

মাইনৌ—অদু নুংঙাইয়ে ইবেম্মা, চেক্লা হৌক্কম খংলবা পাইমা নুংদা খোইদারবা, নিংঙোল ননিং তৌবিয়ু ননাই নতা লৈজরি।

নোঙাই—অওইবরনে ইতা নংবো।

মাইনৌ—মপুনা শেম্বা নোংদমনি কনানা থিংগা ঙমগনি লৈরাং খিবিক্লা শাৎলিবা, কনাগী মতিক উৎপনো, চেক্লা খিবিক্লা খোংলিবা কনাগী মগুণ শকপনো, কায়দ শিৎপা মালংবা, শিঙেন লৈনম পুরকপা ঐখোইনা শিনবা মত্তেদো, মপুই মাগী নোংদমনি।

নোঙাই—ইতাই য়াহে রাতাসি নুজা পুক্লিং খোইরাংই অদুদনে ইতা।

মাইনৌ—করি য়ানো ইবেম্মা, ননাই চোপ্পয়াবরা? থাদোকখিবসু ঙমদরে, চান্ন মতৌ অমদি চেক্লা লুনা য়োকপিয়ু, খঙদ্রগা কায়দোংফম পোম্বী কংঙাওনগনি, খনবিয়ুকো ইবেম্মা।

নোঙাই—শাদানবগুম নুংশিহৈত্রবা, য়াংলোই ইবুং তরেৎনি। খঙ-লিবদু ঙাই নহাকনা খোইনৌ ইতা চাননবী। তাখি-খঙখি খোকলগা নুরাই য়াইবী মাংবদি পাম্মুদে, চেক্লাই য়াইবী মাংবদি নতানা করম য়েংগনি।

মাইনৌ—অরা হকশোক লাংবিসু পুকনিং মকিং নাইবিসু, অসি য়ৌর মতমদা চীংঙুই নোংদম লাকখিনি।

মাইনৌ—নত্তা ঐনা লৈরিবঙে, খুমন পুংদা শাল্লিবঙে, শক্সুম্ অমা খঙহল্লোই লংজিল্ অমা নাইহল্লোই।

নোঙাই—সুংঙাইয়ে ইত্তা চাননবী, নংগী নপাল তাংদুনা মাঙ্গ থৌগল ক্ষংজবা, লোইদাম কয়া পানগবা।

মাইনৌ—হোইনে ইবেম্মা! অতুম শেংনা হায়দোকউ। চীংঙু মাগী লৈপুননি, খোইয়ুম মানা শেম্বীনি।

নোঙাই—তুমিননা লৈয় ইত্তা, মকম অসি খুমন্ য়াংবী লম্জাওনি।

মাইনৌ—করিনোদা ২বেম্মা চংজরকপা মীবু ঙাকপিবা, লামলবা মীবু পীজবা চৎনরকপা ইনাৎনি। খুমন্ মশিন ওইবনি, লাল্লবরনে ননাইবু।

নোঙাই—ওস্থোকইদকো ইত্তা নংসে!

মাইনৌ—শিঙেল লৈরাং থিবা ইপু ইনাই লাকপবু অপাম কাদা থুংনবা, সুংশি মকায় য়োনবা মপুই খুয়াদা কৎলুগে ওইরিনিদা ইবেম্মা।

নোঙাই—তুম্মিন লৈয়ুনে ইত্তা মাইবী লাইনৌ তাবী!

এঃ কনানো অমা লাকলে।

( মত্তমসিদা তোলেন দং চংলকই নোঙাই উবদা তোলেম্মা হায়রকই )

তোলেন—এঃ মজাইবেম্মা য়াওবিরিদনা ( মাইনৌদা ) বারৌম্নু মাইনৌ ঐবু মঙানি তরানি'সি নোংমতম্নু য়ৌরক্লে। কদাই-দগীনো ওস্থোকপা হায়বদুনি। মৈতৈ নিংথৌজা থাংপোকতোন

খুমন পুংদা মাংখ্রে ফাগে কোইতান্ তানূনবদগী নোংমা ফাওবা হংলদ্রে, ইবেম্মনস্থ ঘারোরিনি।

মাইনৌ—হোইনে অঙম্বা তাজরে, মৈতৈ নিংথৌজা মহাকথক্ ভুম্বা চাবা চংদরে, মরুপ মপীজা কাওখ্রে, হননা ভুনা য়েংনখিদ্রে। হোইদা অঙম্বা সবীরাংনা সবীরাংগী, খোইরাইনা খোইরাইগী হায়বত্নি। ঘারোনবা য়াবরা?

তোলেন—হোইনে মাইনৌ অদুনি, ঐনা লাল্লবা হায়'দুনি য়াম্মুং হন্দদি উননরুখিগে, ইত্তত্তুনা লাকলনি।

মাইনৌ—হেঃ করি থোইনা খনবিরুন্দু নচল মাইনৌ লৈজরি, অঙম্বগী শিম্থা পাংথোকনবা লেংবিরো।

তোলেন—অদুনি ইচনসিদি কৈগী মপান নাপীনা তাং নাপীগী মপান কৈনা তাং, ইচলগীস্থ ঐ লৌরিদনা।

মাইনৌ—মুংশিবিবগী তাকপিবনি।

তোলেন ঐনা নিংজবনা মহেনবা, ইবেম্মা হোই চানবিবা মরাৎপসিদা।

মাইনৌ—কৈদগী অদোম্ খনবিরবদি চানবিবা ঘাংলে।

তোলেন—নিংঙোল মথোক্ কারকপা শিঙেন লৈরাং শাংলকপা, তাওজিং মহৈ য়াল্লকপা, কল্লকপা য়ামই কঞ্জাওবা য়ামই। করি হায়নবু হায়গদনো পাইমা থোকাউনদনবা চেকশিনবদি চুম্মীনকো।

নোঙাই—চৎসি ইত্তা থেংখ্রে।" নাবা অপিশানা লোইদাম থাজা

পাখংববু শমু খুৎনা লাককে থোৗদালবগুম হায়বদু খঙদ্র ইত্তা নংবো।

মাইমৌ—হোইনে থেংখ্রে ইবেম্মা লেংলসি। লৈবিহৌরসি অঙম্বা।

(নোঙাই, মাইনৌ থোকখি)

তোলেন—"নাবা অপিশানা লোইদাম থাজা পাখংববু শমু খুৎনা লাককে থোৗদালবগুম" হিঃ! ইকাইখ্রেদা। (চংখি)

লাইট ওফ

---

# অহানবা মতাং

## অহুমশুবা উৎপা

মতম—নুমিদাং-ৱাইরম।

মফম নোঙাইগী য়ুম মনুং লৈব্রেন কানি।

মরম—য়ুমগী মপান্দা মহৌশাগী লৈকোল লৈ, হোজংসু থাপ্না উরি। কাগী নাকল অমদা তনান্ তনান্বা ফমুং মচা অমা লৈ, লম্য়াইদা ফুঙ্গা লৈ, য়োংশবী মথক্তা ঈশিং লুমনবা চফু, ৱাই ওমতুনা মৈ-হৌরি হায়বা খংই। ফমুংগী নাকন্দা মৈতৈ ফিয়ান মচা অমসু লৈ, ফি খরসু য়াল্লি। উগী খুদেং মচা অমা কাংখাদা লৈ, কাংথোল মনাক্তা নিংথিবা মুরা অমা থারি। থোংজিন ময়াদা চফু কয়ামরুম ফৈজা মথক্তা লোন্দুনা থমলি। থোংজিল মথক্তা শাই-তিংখংনচিংবা

তিলমু-লাইমু চংদনবা থেংলি। কাগী অতোপ্পা নাকন্দা লৈম্রেন সিদবীগী ঈশাইফু খুবম্ লৈ। মথক্তা থাকন্ খল্লি, বাচেংনা কোইশিন্দুনা থমই। মাইনৌনা ঈশিং চফু অমা পুশিলক্তুনা লৈম্রেন খুবম্গী অকোইবা নিংথিনা বাই তৈথোক্লগা থোকখি। হৈকল-লাকন, কবোক অথুম্ব অহাও য়েন্থৌ উতোং অমদা পুকয়ু-বাইয়ু খম্না, লৈ-শু লাংথ্রে, অইরেল মানা, খোইরু থাওমৈ অসিনচিংবা মাইনৌনা পুথোকলি। অদুগা শেম শারে ফিশেং শেংলবী নোঙাইনা শেম্ শাবা লোইরগা খুরু খুদক লৈতা, খুবাং তরা লোনদুনা লৈম্রেন সিদবীগী কাইদোং ঈশাইফু চিংনা য়েং, মিংস্না ঈরা চেন্না মথাগী লাইশোন্ অসি শকলকই। মাইনৌস্থ মচি ওইরপ্না খুরু খুদক লৈতানা খুং লোম্ননা লৈজরি।

নোঙাই— লৈম্রেন লাইশোন।

ইমা লৈম্রেন সিদবী, ওংপোকপী ইমা ও!
মাংগী শম্বুননা পূল্লগা পন্থোনা কৌবদা পাওখুম্বী।
তুংগী শম্বুননা পূল্লগা পলেমনা কৌবদা পাওখুম্বী।
মাঙ্গ পূন্সি হাপ্পিয়ু নমোম ওইবিবু কুবিয়ু॥
লোইবী চীংদা লৈরগা হাওববু ওইবি ইমানি,।
তমদা লৈরে হায়রগা চীংঙু লাইবু ওইবিনি,॥
লোইবী চীংমাই পাংবদা স্নানবু খাউজাও য়ানবিনি।
লোইবী চীংমাই পাংবদা পাননাও-শিংনাও তাবিনি।
লোইবী চীংমাই পাংবদা লোমবনবু তেকতা ফবিনি॥

তাইবং চাকপু ওইবিনি, লাইজা ঈশিং পীবিনি,।
থংলেন মকায় য়োজবা নমোম ওইবিবু কুবিয়ু॥
তাংলৈনা খুাংজেৎ ওইবিনি, খারৌনা ফৈজা পোপতেকনি।
লিলহাবু থাদা কোনবিনি, য়োৎত্রেং খুণ্ডা পাইবিনি॥
খুবোমনা য়াইবু শিবিনি, লোইবী পাময়ান খুদিংদা।
হাওরৈ ওইনা শাৎপনি, খারমনবু চোথে নিংভোন্নি॥
উমং লাইয়ো লাইনিপান, নশানবু শাইওন ওইরিবী।
নতুনা নোংথাং লৈমনি, শাইওন অমনা পাম্থোইবী॥
সনা লৈত্রেন ওইরিবী, তাইবং থরাই পীরিবী।
পলেম ইমা ওইদুনা পম্থো ইপা শক্তুনা,
নপারি নমোম য়োকপিয়ু নমোম ওইবিবু কুবিয়ু॥

( লাইশোন্ তঙ্খাই য়োরকপদা থাংপোকতোন চংলকতুনা লেপলে। নোঙাই, মাইনৌ অনিদি থাংপোকতোনবু উখিদ্রে, পূক্লিং অমতা ওইদুনা লৈত্রেনসিদবী খুরুমই। লাইশোন লোইরকপদা থাংপোকতোনসু নোঙাইগী য়েত্তা খুরুখুদক লৈতারে, চপ মান্ননা লৈত্রেন সিদবীবু খুরুমজে। থাংপোকতোন উরকপদা নোঙাইনা মুংশি ঈরা চেন্না থাংপোকতোন্দা য়েংজরি। থাংপোকতোনসু নোঙাইদা চিংনা য়েংজরি। মতম অসিদা তোলেন লাক্তুনা ইমুংদা মৈ থাললিবা উবদা থোংজিন ময়াদা শউমু পিকনা চংলকতুনা তারি। মোইনৌ হৌগৎলকতুনা

হৈকল-লাকন হাপলিবা কম্বী অদু পুথোরক্লুনা নোঙাইগী মখুৎনা থক্তা থম্, থাংপোকতোন খুৎনা খাদা থম কম্বী অদু থমলগা, লৈত্রেন্দা কৎলবা লাংথৈ মপোপ অমা পায়রগ হায়রকই ) :—

মাইনৌ—ইমা লৈত্রেন সিদবী শাইওনবু পাম্মোইবী চীংঙু লাইগী-লক্লগী ইমা নংনা খঙবিয়ু নমু তাইবংলক্লগী নমোম ঐস্থ খঙজহৌরে। পাখং শিঙেল লৈ পাম্বা, মুরা তাওজিং হৈ পাম্বী মপুনা শেম্বা লৈপুননি, ইমানা লাক্পা খায়োমনি। [ মথক্কী অসি হায়রগা কম্বী মথক্তা লাংথৈ মপোপ অদু হাপলগা মখুৎ অনিনা পায়শিল্লি। থাংপোকতোন নোঙাই অনিমক লাইরানা শুমহৎলবা মীগুম্না তুমিন্না অমনা অমবু য়েংনদুনা লৈরি। মাইনৌ কম্বী অদু কোন্দুনা লৈত্রেন লাইমাংদা থাংথরে। তোলেন্ চংলক্লুনা থোংজিন্দা লৈদুনা তাথ্রে। ]

মাইনৌ—অদু ওইরবদি ইবেম্মা নয়াথং পিবিরো, ইরানয়াইবু য়োজগ্রগে ?

নোঙাই—( ইকাইনা ) ঙাইখোবদো ইতা থোইনা থেংবস্থ নত্তে।

মাইনৌ—ইশা ইরোমদোমদনি, খঙবিরিদুঙাই ইবেম্মনা, চৎচরগে ননাইবু।

নোঙাই—চৎখিনু ঙাইখো হায়বনি ইতা নংবু।

মাইনৌ—কনাবু কিরিবনো ইতা কনবিনিংঙাই লৈরেদনা চৎলে চৎলে ইবেম্মা।

( নোঙাইনা মাইনৌদা চংশিন্দুনা লোম্না চিরোন তৌনা খুমন্ নিপা অমনা শেংপা য়াবা ফি পুম্বকউ হায় )

নোঙাই—খঙলেদনা ইতা শোয়বা য়াদেকো !

মাইনৌ—য়াম্না কগনি ইবেম্মা।

( মাইনৌ থোকপ্রে তোলেনসু শউম্ পিক্লা মাং থানা থোকখি মাইনৌনা মী অমা থোকখিবা উবদা লাওরকই )।

মাইনৌ—কনানো! কনানো !!

( তোলেন খুমদনা প্রপ প্রপ থোকখি )

নোঙাই—( থোংজিন ময়াদা থোরকক্লুনা ) কনানো ইতা কনানো ?

মাইনৌ—( মপান্দগী ) খঙদেনে ইবেম্মা খুমম্দে।

নোঙাই - তাল্লু ইতা কনানো য়েংউ।

( মাইনৌ হোজংলোমদা থোকখি মতম অসিদা থাং-পোকতোনসু হৌগৎলকই নোঙাই হঞ্জিল্লক্লুনা হায়রকই )।

নোঙাই—ইবুংঙো খুমন্ কলকপা য়ামই, লিংজেল খানা ইবুংশিংনা খঙখি-তাখি থোকলবদি লৈবাক ম্বাথোক ওইগনি, লৈকাই কুম্মৈ ওইগনি চিকনা হিরি কোনবিয়ু।

থাংপোকতোন—পাখং ইশুং লাংগী, অবা হকশোক লাংববু মুজানা, ঐনা করম য়েংগনি, ঐনা করম খাংগনি লৈবাক ম্বাথোক

ওইসনু কৈরোই কুম্মৈস্থ ওইসনু। পাখং য়াইবী পাম্মুদে। ইশানৌ নশুং লাংগী নিপা থোদাং য়েংলগে? নোংমা পোকপা মচানা নিনি শিবা হৌনবরা?

নোঙাই—চীংঙুই থোজাল লাকখিনি, ননাও ঐনা হিংলিঙৈ মাঙ্গা য়াইবী লোগদবদি খুমন্ পম্মৌ পুংসিদা মরু ঈহুন তন্দখি, তপ্ থবিখো পাম্মুবা।

থাংপোক—পম্মৌ য়েকনবা মচানি, লৈরাং লোনচিননবগুম, হৈরাং লোঙ্গানবগুম নশাইগোন্দা থুপলয়ে, পলেম শকনা নাওয়োক্লে, লৈমেন সিদবী ইমানা তালোইশিংদা চনহল্লে, লুমলেন লাদা য়েকলেদো, পাখং য়াইবী লৌদ্রিঙৈ মুরাই তুবুম্ শোক্কদবা মালেমদদি পোকখিরোই।

(মতমসিদা মাইনৌ ফিংনা চংলকই কৌরকই)

মাইনৌ—(লোন্না নোঙাইবু চিংথোক্কুনা) ইবেম্মা হৌজিক লাকলম্‌বদু তোলেননি।

নোঙাই—তোলেননি হায়বা!

মাইনৌ—মহু চাউবা খুমন্ অঙম্বনি, মদাইরেমশিংনা মাইকৈ মরি কোইখ্রে।

থাংপোকতোন—উম্।

নোঙাই—কোইখ্রবা ইতা! নরানয়াইদা হল্লো। তয়েং ইন্দুংঙানবদা চেল্লকউকো, থেংবা য়াদে।

মাইনৌ—ননাই লৈবনা ফত্ত্রনে।

নোঙাই—ফত্তে ইতা হল্লো।

( মাইনৌ থবাই মুংঙাইতনা নিংজিং-মাংজিংননা থোকখি। নোঙাইনা পোরোন থাদুনা থোং লোন্-শিল্লে।

নোঙাই—ইবুংঙো মছু চাওবা তোলেননি, ইবুংশিংদা তাকউরনি, থিন্‌দনমক লাকলনি।

থাংপোক—অদুনদুম্ ফরে ইবেম্মা নবুং তরেৎ লাকসনু খুমন্ পৃম্বা য়াওসনু পাখং থৌদাং য়েংলগে? মৈতৈ নিংথৌজা থাং-পোকতোন অয়ম্বগুম লোৎনিংদে পম্মৌ মিংচৎ থিনবনি, শানৌ ময়েং তাবনি।

নোঙাই - হুয়েল লানথেংনৌ কদাইনো, তাংজ ওল্লো পঞ্জ'ঙমদে। খুমন চম্মু ইশুংলাং মাঞ্জ য়াইবী মাংফদে, ইবুং তাংজ লুরেনসু মালেম লৈদা তাফদে, ঈঙাং পাকতকনা, ঈমু পামফেন্‌নববু ননাও করম য়েংগনি, মাঞ্জ কনা য়াওদনা।

থাংপোক—করিনো ইবেম্মা করি চিংনবা লৈবগে শানৌ! কোলোই নপাও শেংউ তুমিন্ লৈবা মতমলা?

নোঙাই – শাবি ইবুংঙো মুংশিবা, ননাওনা চাং য়েংজবনি। ননাই য়াইবী লৈরিঙৈ, মাঞ্জ করি রাগনি॥ ইবুং তরেৎ লাকসনু ননাও লৈরি কাওরিসু। তাংলৌ লৈনা থেংলকলে থোমলেন্ তুমথুন্ হুনবিয়ু, শিনৌ লশিং তীলগুমনা, কোনগোন য়াত্তবিরুরো?

থাংপোকতোন্—কাম্নদে শানৌ ইবেম্মা মৈতৈ কোম্নুং পাংলসি।

নবুং তরেৎ লাকসনু
নিপা খোদাং য়েংনগে?
পাখং ঐগা চাইনগে?

নোঙাই—করি হায়না হায়সিগে?
ননাওনা হন্না হায়জবা,
লৌবিদবা তৌবিনু।
হন্না হন্না হায়জবা,
থারৌবিবা তৌবিনু॥

থাংপোকতোন—অদু ঙাইরে ইবেম্মা শানৌ মনিং তৌবিরো, নিংথৌ ঈদা পোকলগা করম্না মাইওনগনি।

[ অসি হায়দুনা থাংপোকনা নোঙাইগী খুজেং পায়, মতম অসিদা মপাললোমদগী থারমহাবুনা মনাও-শিংগা তোলেনগা লোইননা লাক্লুনা থোং-নমদুনা কৌরকই। ]

থারম—ইবুংগী ইবেম্মা নোঙাই, চায়গী পৌরোন শংলু ইবুং বা হংগে?

[ নোঙাই লবাই শাংখে, থাংপোকতোন খঙহৌদনা লুখুমদা ঙারিবা থাং পাঈখে। পাখংখ্রবী নোঙাই মবুংনা কৌবা খুমখিদ্রে, থাংগা লোইননা থাংপোক-তোনবু কোনশিনজখে মতম অসিদা মপান্দগী অমুকস্থ থারমহাবু কৌরকই ]

থারম—তারিবরা নোঙাই নংবু, থোং হাংদোকউনে।

থাংপোকতোন—ঐবু থাদোকউ ইবেম্মা, অয়ম্বগুম চেন্নরোই শানৌ নমাং থারগে ?

নোঙাই—ঙাহাকতদি ঙাইবিখো মুংশিবা মুজা ইত্তিক ইভম্ য়েংবিখো।

থারম্—থোং কাওথেকউ হাঙ্গৈ !

নোঙাই—থওই উৎশিত্তবা খুমন্ মচা কনানো ? ইবুং তরেৎ লৈ কাওবরা ?

থারম—ইবুংনিনে ইবেম্মা, থোং হাংদোকউ।

নোঙাই—ইবুংহন ওইরে, খোমলেন তুমখুন তানজরুরে, য়ারৌবিম্মু নচনবু।

( অসি হায়রগা থাংপোকতোন থংনবা কাদা ইনশিনখ্রে। )

নোঙাই—( থাংপোকতা ) য়ারৌবিম্মুকো মুংশিবা।

( থুনা থোকলক্লুনা লৈত্রেন শিদবী খুরুমজে। )

ইমা নমোমবু কুবিয়ুকো পালেম ও!

( হায়রমলগা পোরোন শত্তুনা থোং হাংদোকলে, মখুৎ নাম্মনাম্মানা থোংবা অনি পায়দুনা মশা তনিক তনিকনা লেপলগা মবুং য়েংদুনা হায়রকই )

নোঙাই—অহিং তাংলৌ লৈনা-থেং নচনবু য়াকাইবিবা করি তাক-পিগদবা লৈবগে, হয়েং ইমুং ঙাল্লগা তাকপিবা য়াদবা, চিংনবা য়াফম লৈবরা ?

তোলেন—ননাই ঐ শেংনা তাজহৌরবনি শোইরোই হেক্তা লেংশিনসি।

নোঙাই—কয়ি হায়বা অঙম্বা !

থারম—চিংনবা লৈ ইবেম্মা, লিন্থুপ্-লিজোই লৈতনা ইবুংনা হংগদোয়িবা ঋা অসি খুম্মুকো য়াম্বা মুম্না খল্লগা ইবুংঙ্গা।

নোঙাই—তাকপিসি।

থারম—ইচনগী নরানয়াই'সিদা মীয়ান কনা লৈবগে ? শেংনা খুম্মু।

তোলেন—হঙ্গৎপদি ঈতিক নত্তে, নচল ইবেম্মদা হংবিদ্রবস্থ য়াথং-দবু লৈরবদি ননাই ঐ চংজগে ? খুদাং শময়েৎনদুনা খুয়া খাদা কৎচগে ?

নোঙাই—( খানা য়েংই )

থারম—ঙাইখো তোলেন। খুম্মু ইবেম্মা।

নোঙাই—অসিগীদমক ওইয়েকো, অস্থক ঋামা লেংলকইবা মুজা ইখুজিন্ ইথোয়াং, পন্থো লমনশিংজগে মৈতৈ নিংথৌজা অমা য়োকচরি। খুমন্ চৈথেং ফংবদা, হেদো নাহে চন্দুনা হৌগৎ-কাংখৎ ঙমদরি, ইকায় কাদা থমজরি। ইবুং খুত্তা শিননবা, নিংঙোল ইথৌদাংনি খনজদুনা, মুজা ইঙম থোক্লে, লৌশিং তৌদুনা থমজরি।

থারম—মুংঙাইরেদা ইবেম্মা পাইমা লৌশিং চাউবী ইচলনি ইচল শিনবা শোইরয়োই, পন্থো লমন শিংলসি ইবুংঙা পীয়ো নিপাদো।

নোঙাই—কয়ি ঋানো তাকপিয়িবসিবু, পলেম নৌমা শেৎনররবা পলেম শকনা পন্থো চাখাবানা নচল ঐবু নাওকোননবিরকলে।

পম্মৌগী লমন শিংদরি, ইবুং তরেৎতি নিপানি হুয়েল লাম্খোং হুকপনি, মৈতৈ পুংদা লান্দারগা ভমই পম্মৌ লমন শিংবা নচন লাইবক থিবীদি নুপী জাদ পোকপীনি।

খুত্তা খুৎলাই পাঙ্গী হুয়েল লান্দাবম্ভ ভমজদে। মখোং থোংনা লাক্লবা নুজা খুত্তা পাঙ্গীরবা মৈতৈ নিংথৌজাই য়াইবীসে নচনগী শরুক ওইজগে?

থারম—চুমই ইচন্না হায়বা। অদুমকপু নুপীজা নানাৎ মত্তা নিংঙোল নখুৎশু থাং নুজা খুত্তা পাঙ্গী, ইবুং তরেৎ লৈনা লৈনা খুমন পুং অসিদা কয়মনা পাথং য়াইবী লৌগনি, মীনোক চংবা থবকনি, লাও ইবেম্মা পুথোরকউ, ইবুংখোইদা শিম্নো লালুম চোমাই লৌদুনা খুমন লুখা থামগে?

নোঙাই—তাকপিবা য়াথং তাবদা পেঞ্জে নচন্না পম্মৌ লমনশিংবদি মচা নিংঙোল ওইবিগী শরুক থাকফদে হায়বন্না? খুমন অথৌবা কয়ানা ফাঙমদ্রবা মহাকনি নিংঙোল ইখুজিন ইথৌরাং উচিন-শাচিন ফাজরে, ঈরেমথাকনা পোকলবী নিংঙোল ওইবী নচনবু নুংশিবিরবদি মৈতৈ নিংথৌজা মাগী য়াইবীদি নচন ঐঙোন্দা পিফৈনা।

( থারমহাবু ইকাইরপ তৌই )

তোলেন—( খুমলকপা ) কাম্নদ্রেদা মজাইবুংভো লেংশিনসি চেনখিদুনা তোক্কনি।

নোঙাই—মী না লৌবিম্নু ঐগীদি হায়জরিবা'সিনি য়াথং জাইজরি নচন্না।

খারম—চুমইনে নংনা হায়বা অদুদা।

নোঙাই—ফয়ে কৈদোগে অদুস্নু, কৈস্নু লৈত' থবক্লি। খাম্বী মৈত্রেং কম্বীদা তায়বা লেম্লৈনি উকাই লাংদা ফারবা য়ায়ৌ শক্তিনি, য়াংলেন মিৎকুপ মঙাইয়ে মানা হিংজগদবা। ইহে! কৈস্নু লৈত য়াসিগী ইকাওবু কাওইদা ঐদি কৈস্নু লাংলুদ্রে, ইবুং-খোই লেংলকপগী নচনগী মাঙোল খেঙ্গোংলাং পোৎথাবিখো ঙাইহাক্তুং, ইমা লৈত্রেন সিদবীগী হৈনম-লৈনম পুক্সরককে নচন্না।

(মতম অসিদা নোঙাইনা থোং থাদোকলমদুনা ইমা লৈত্রেন সিদবীদা কৎপা হৈ-রা পুথোকরক্লুনা ময়াম্বুংশিংদা পিরে, নোঙাই অমুক চংখিদুনা যু চফু অনি পুথোকলকই)

নোঙাই—খুমন পোকপা ইবুধৌদা কৎপনি ফানবিয়ু।

খারম—(যু চফু লৌদুনা) কদাই ইবুং মহাও য়েংগে ইনাওশা লৌসে ইবুধৌদা কৎপানি

(মথং মথং লৌদুনা থকই)

নোঙাই—তাবিরিবরা নচনগী ঊকায়দা নোং'নিনিস্নু লৈরকলে, শিগদবগী শিগদবা তায়া চখোম অমতং পিজরগা ইবুং খুত্তা শিন্নজগে। য়াংলেন পুংখাই মরুমদং পোৎথাবিখো।

খারম—চুমই চুমই ইচন্না হায়বা, পীজৌ পীজৌ মবুক থন্না শিজসমু ইবুংখোই ঙাইখিনি। কদাই! লৈত্রবা চফু অমতগা পুরকখো।

(নোঙাই অমুক লৌথোক্লুনা চফু অনি পী, যু

লৌডুনা মথং মথং থকনগ্রে ময়াই কায়ডুনা ময়াম জগোই শায়কলে, মতম অসিদা মাইনৌ নোং ভানফুং ভানফুং তৌরকলডুনা কি ময়োম অমগা নোঙাইগী য়ুমদা লাকলে, অমুকস্ত থোকখি, অমুকস্ত চংলি।)

নোঙাই - অদুদি পোৎথাবিখো তায়া চথোম মতং থোংবিখিগে?

খারম—ফৈ ফৈ ননিং তৌজৌ ইচনসিদি।

(নোঙাই চংলকলে থোং তপ্পা থিংজিল্লি শউম্ পিক্না পৌরোন থাই মাইনৌ থোংজিন ময়াদা থোং অহোবদা ময়ামগী ইরাং য়েংলি ফুঙ্গাদা মৈ হৌডুনা মুং ফুৎলি। অদুদগী অতোপ্পা কাদা চংখিডুনা খাংপোকতোনবু পুথোকরকই নোঙাইনা হায়রকই)

নোঙাই—বারৌবিমুকো ননাওবু থংলেন য়াইবী কয়বা থকসি কারল চল্লবা মোমমু ইনাৎ নত্তবা, বাহৈ কয়া পনজগ্রে, ভাকপিয়কো ননাওবু।

খাংপোক—(ঙক্লা য়েংডুনা) শানৌ ইবেম্মা পাইমা লৌশিং চাউবী থাগৎনিংঙাইনি, ঙসাই মখৈ তারিবনি।

(নোঙাই থোংলোমদা চত্তুন অমুক য়েংই হায়রকই)

নোঙাই ভমথিরবা ইবুংশিংনা, পাইমা লৌশিং মাংলিঙৈ হবাও জগোই শারিঙৈ, মুংঙাই মপুং ফারিঙ মাপ্ত থোংদোই হুনবিরো খুমন কিজোন শেত্তুনা ইমুং শোরা তৈবদা ননাও

লাইবক থিবিনা হৈনা তুং ইনজরককে, লিজরককে মাঙ্গ খোঙ্গুল।

থাংপোক—করি যানো ইবেম্মা, ইশানৌ নংবু য়াউদনা ঐনা করম চৎকনি, শানৌ ইবেম্মা নুংশিবী।

নোঙাই—ননাওনা নিজব'সি য়াবীয়ু, তমথিরবা ইবুংনি, লৌশিং তারকপা মতমদা ননাওবু শোইদনা হুংগনি পাখং তুংওই নাতৈ তাররক্নি খুমবিনবা লৈত্রবদি লৌশিং খোংয়েৎনদুনা মতম থিজিক থামজগে? মোইরাং লমদম্ তাম্নবা লোক্তাক ঈশাই মাপল লান্দুনা, চৗংয়া লমদা খোংঙাইবিরম্মু পাম্মুবা।

থাংপোক—লিংজেন খাবা নবুং তরেৎকী মখুত্তা নুরা নংবু হুন্দোক-লমলগা পাখং য়াইবী পুদুনা ঐনা করম চৎকনি। য়াইবী থরাই পাম্মুদে শানৌ নঙ্গুং লাংগীনি।

নোঙাই—মতম লৈত্রে নুংশিবা, মাঙ্গ খুয়া খাদা নিজরি য়াংনা খোংদোই হুনবিরো খুমন্ ফিজোন থোনবিরো।

(নোঙাইনা মখোংদা খুরুমই ফি মরোম অদু থাং-পোকতোনগী মমাংদা থোকলে, ফৈজোম হোংলে, নোঙাইনা ফুরিৎ অমুক পি মশামক্ য়াওনা ফিরোন শেৎপা শেম শারি মাইনৌনা নুংশাথিনা খোংদা অমুক য়েং কোইনা চৎতুনা লৈরি।)

থাংপোক—(নুংশাশোর ফুইনা হোন্দুনা মিত্তা ঈরা চেন্না) ইনেম মচা পাম্মুবী চিং-নুংগী মা লোক্তগী পায়রক্তি, কাও নহারা নুমিৎ শীংবুম তরানি, মোইরাং লোইবী চৗংয়ারম্ কঙাওনবা

চেক্লা ওই চেক্লা কোইপাই পাই, ভাইরমগী কো মুংশিবী থিল্লকনুকো পান্মুবী শাবি ইনেম মচা পান্মূবী।

নাঙাই—মুমিৎ শীংবুম তরানি য়াম্মনখ্রে ইবুংঙো মাঙ্গ নংবু কাঙ্গ-নবা, পান্মু নংবু উদবা ননাও করম হিংগনি মতম করম লেনগনি।

নাঙাই—হয়েং ইমুং ভানবদা হৈনা তুংইনজরকে লেংবিরোকো মুংশিবা।

(থাংপোকতোন চিংনা ঈরা চেন্না নোঙাইবু য়েংলমলগা মাইনৌদস্থ চিংনা য়েংলগা হায়রকই।)

থাংপোকতোন—ইবেম্মা মাইনৌ ইবুংবু ব্বারৌগনুকো নবেম্মাই ব্বাবা মাইনৌ······ইবুং চৎলে।

মাইনৌ—লেংবিরো ইবুংঙো ননাই মাইনৌ লৈজরি।

(থাংপোকতোন থোং হাংদোক্কুনা তপ্পা থোকখ্রে ময়ামগী জগোই শাবা মরক্তা য়াওশিন্নরমই নোঙাই থোংজি নাতৈ কাংদুনা চিংনা য়েংজৈ অদুদগী থাং-পোকস্থ চেনখ্রে নোঙাই তপ্পা চংলকলে। লৈত্রেন সিদবীদা ওনশিন্দুনা)

নোঙাই—ইমানবু লৈত্রেন সিদবী, খুলো পহেলো লৈতনা শাবি মাঙ্গ মানা, মোইরাং লমদম য়োখিবা নমোম ঐনা নিজরি, ইমা নংনা কুবিয়ু। (খুরুমই)

(ফুঙ্গা মনাক্তা চংলকলে হায়রকই)

নোঙাই—খোউদু ইতা চাননবী ; নহোয়'নিবু তায়ামথেন ওই পাম্মু য়াইবী কনবদা, নতা ঐনা ফুৎলেকো।

( মতম অসিদা মপান্দগী খায়মহাবু লৌশিং তায়ক্তুনা থোং থিল্লকই )

খায়ম ( মপান্দগী ) কদাই ইবেম্মা হৌজিক ফাওবা তায়া চাক্ লোইদ্রিব্রা ?

নোঙাই—( মুংশা থিশিন্নদুনা ) করমনো তায়া চাগে চিনদেংবা থোকখিবদগী ময়ৌ চাওবা মৈতৈ নিংথৌজাদু চেনখ্র মাল্লে হল্লক্লে। নচম্মা ফনা লাওজে ইবুংখোইনা তাবিদে।

( শাউনা খায়মহাবু চংলকই তোলেন অমসুং মনাও অমসু য়াওয়কই )

খায়ম—করি চিনথৗবী পাইমা লিম্মুপ্নবী, শাগৈগী মৈতান অশিবী, ইবুধৌদা কৎপনি হায়দুনা নংনা য়ু পিথকপদি অসিগীদমক ওইরেকো। নংনা মুপীজা ওইরমদুনা তোকপনি নত্রবদি নঙক্ অদু ককতুনা লাংজা লমছুইদা পীজগদবনি। চৎখ্রে চৎলো, থুমন পুংদা খোংদায়মু।

( নোঙাই মরু লুকথদুনা তারি )

খায়ম—করি য়েংলি ইনাওশা মৈতৈ নিংথৌজা হেনখিফদে, চৎলু তাল্লু মকোক ককতুনা পুরকউ, মৈতৈ নিংথৌজাগী মীনাইমুবী লমচৎ নাইদবীসিদা লংশিল্লু।

( মনাও ময়াম্মক মৈতৈ নিংথৌ মচা তায়খি তোলেন লৈহৌই )।

থারম—হাঃ হাঃ হাঃ নত্তে মাবু তাম্থোককদবা নত্তে, য়াইবী মথয়াই লৌগদবনি মুপীজা ওইসমু নংবু থুমন্ শাগৈদা পোকপিনিকো নত্তে, ঐগী ইচন নত্তে, ঐগী ইচন্না অমুম্না……ইকাইদবী মাইথাবী, নংগী মতিক চাবা চৈয়াক্তি য়াইবী নথয়াই লৌবা।

(মশম পায়দুনা চিংথুবা, নোঙাই হিক্লা হিক্লা কপ্পা)

াঙনৌ—তপথবিখো ননাইদা তাকপিয়ু। ইবেম্মনা কয়ি লাল্লবগে ?

থারম—তুমিন লৈয়ু হাঙ্গ মীনাইমুবী নংনা থঙদবা হৌনবরা, নংমু নঙক কক্কদবনি।

নাঙাই—(কপ্পা কপ্পা) ইতা কদাইদবু হায়রুনি ঐগী চংজকম কনা লৈবগে তাইবং-মালং পানসিদা। পলেম-পম্থৌমু লৈতরে, ইবুং ইপুয়ামু লৈজদে লৈহৌরোকো ইতারোই, ইমা লৈত্রেন থৌজাম্না নতাই নিংবা থুংলগা উন্নখিসিকো চান্নবী। (হোগৎতুনা চৎকে তৌবা)।

থারম—কদাই চৎলি লমচৎনাইদবী, হৈন্নাং লোঞ্জানবী লৈয়াং লোঞ্জিন্নবী, নংনা ননিং নথা য়াবরা ? নংবু থুমন্ পুংদগী তাম্থোকদবা নত্তে, ওক্তবী নংনা তাইবংদা হিংদুনা লৈরবদি, মুপীজা কয়া মাংলকনি, চৎখিবা য়াদে। (মপাম্থোম পাঙ্গদুনা চিংথবা লৈপাক্তা তুবা, হিক্লা হিক্লা কপ্পা)

তালেন—নত্তে মজা ইবুংঙো ননাই নচনবু অথৌবা! নথুংমকনা কয়ম্না ননাই ঐথোই লৈরিঙৈদা নচনগী মতিক চাবা কংকম থোক্কপা চৈয়াক লৈরবমু ননাইশিং লৈরিনা।

থারম—মান্নি তোলেন অহুদু লমচৎ মাইদবী'সিগী শক উবদা

থম্মোই অসি ফাবা য়ায়ক্লে। মাগী মতিক চাবা চৈরাক্তি, মশা তম্থোয় অমা লৈমুংদা ফুম তিমেল তানা ফাওবেং লেং মাতুনা পেনগদবনি।

নোঙ্গাই—নচনগী য়াইবী থবাই লৌবিয়রো মালেম তাইবং'সিদা পানজনিংদ্রে।

খারম—হাঃ হাঃ হাঃ করি ঐগী ইচন লৈতে, মফমসিদা নংবু ইচননি হায়বা অমুকস্থু খুম্বা শারি চিনথিবী, শাগৈগী মৈতান অশিবী।

( খোংপাকনা অমুকস্থু কাওগে তৌবা তোলেননা খাম্বা )

তোলেন—হে মজাইবুংঙো অমুক্তা তপথবিখো পলেম পম্বো শকনা নাওকোনবিরকলবা ঈরেম্ খাককী নচননি।

খারম—খামগস্থু তোলেন খুমন্ শাগে ঙাইরিদা য়েক্র-তিংখং থনমলরোই।

তোলেন—তপথবিখো মজা ইবুংঙো, হঙ্গচ্চবদি ঈতিক নওে, ননাইনা নিংজবা অমদি।

খারম—করিনো হায়যু অঙম্বা।

তোলেন—পীদবা য়াদবা মরান লৈরবস্থু ননাই নচন অসিবু য়াইবী থবাইদদি কনবিম্মু, নুপীজাদা পোকপীনি। অদুগীস্থু মথক্তা ঈরেম্ খাক্কনি নচন্নি য়াইবী লৌবগী শরুক্তা খুমন্ পুংদগী তাম্মোকপা অসিনা ফগত্রা থনজবা।

খারম—( থর হুম্বরক্তুনা ) উম্ মরমচংকী হায়রুরবদি মথম্বাই লৌবা অদুবু খুমন্ ঐখোইগী লমচত্তা কাওঙমজবা বায়েক থবা

লৈহৌবা তাৱে শোয়দনা। ফত্তে তোলেন অহু ওইরবদি শাগৈগী মৈতান অশিবী হৌজিকমক খুমন্ পুংদগী তান্থোকখো। (নোঙাইদা ওনশিন্দুনা) চৎখ্রে। চৎলু লমচৎ নাইদবী, মাইনৌ পুথোকখো মশক য়েংনিংদে।

(নোঙাই হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা ফৎলিবা মুং অমি অহু মুরা নমখাংদা পুল্শিল্লে হৌগত্তুনা থল্লা থল্লা থোকপা হৌখ্রে)

নোঙাই—লৈহৌরোকো ইতাম্রোই।

(মাইনৌ ফিজি পায়দুনা থাম্জৈ থারম তোলেন খানা য়েংদুনা লৈ।)

ড্রোপ

---

# অনিশুবা মতাং

## অহানবা উৎপা

মতম—মুংথিল

মফম – লোক্তাক খোংবান চীংয়ারম্

মরম—ই-লাং হৌবা লম্ চীংখোং চীংয়া ইরক্তা চীংখোং তমনা মৈতৈ নিংথৌমচা থাংপোকতোন লাকই, নোঙাইগা ঙাইনসি হায়বা মফম অহু তাননা লাকই। কোইনা কোইনা নোঙাই লাকপরা য়েংলি মখাগী অসি শোল্লকই:—

থাংপোক—আঃ ওস্তোকইদা হৌজিক ফাওবা লাকত্রিবা ঙসিগা থানা সুমিৎ শীংবুম তারানি, হুম! শোয়রোই খুমন চনু শরি শোনখ্রবনি। "চেক্লা পাইখ্রবনা পোস্বী হঞ্জিল্লকপদা চেক্লাই কাইদোংফম খণ্ডবনা পোস্বী কংঙাওনখ্রবোই," নত্তে তমথিরবা মবুং তরেৎনা শানৌ মাবু ফাখ্রবা? শাবী ইবেম্মা সুংশিবী ইনেম মচা পাম্মুবী লমদম কৈদা চৎখ্রবা সুমিৎশীংবুম তরানি। চেক্লা পানখক ওইরবা, পাখং লাইবক থিরবা চীংয়া তময়া পাইরকপা, কনাগী মশুং লাংগীনো? সুমিৎ শীংবুম তারানি ইশ!

(চীংথক্তা অয়াং লৈমনা বা ঙাংদা থাংপোকতোন লৈবা মাইকৈদা মখুৎ তিংথোকলকই, থাংপোকতোন মাইকৈ অমরোমদা থোকথি অমুক মফম অদোমদা থোরকই কোইনা কোইনা য়েংলি কনাসু লাকপা উদ্রে হায়রকই)

থাংপোকতোন—মাম্নি শোঙ্গরোই চীংয়া তময়া অচৌবা য়াংদৌ লম্বেল খণ্ডনা লম্মুক্নখ্রবা। নত্তে, করিগী লম্মুক্নগনি শোঙ্গরোই তমথিরবা মবুং তরেৎনা ফাখ্রবনি ফাখ্রবা।

(চীংথক্তা অয়াং লৈমনা মখুৎ লাপনা থিনখি।)

নত্তে শোইররোই, মফম অসিদা অমুক হন্না লাকলরোই, শীঙেল অরেম্বা লৈরাং অতিয়া কাননরোই নোংদমবা চীংডু মানা তমখিত্রবা, ইশ! সুমিৎ শীংবুম তারানি ঙসি শুখ্রবা,

মালেম অঙানবনা লোইবী চীংয়া থাংখ্রবা (নোংচুপলোমদা ওনশিন্দুনা মুমিৎ খুরুমবা)

থাংপোক—কোরৌ থক্তা ঙাল্লিবা! য়োই ময়াই তাওদলবা, মালেম অঙানবা নংনা নোংচুপ পাংবা চীংয়ারম মালেম হাইথরকপা নমু পুন্সি চেংজেন ময়েং তারকপা উৎলিবোই নহাকনা, তাইবংনিংশাপান্দা গুরু অহুম্মকী শকলোন পুরিবা মালেম তাইবং 'পুম্বগী পম্বো! নচানা খুবাং চাংজৌ চেপনা ইতু তুবুম-লিশিংনা নখোং থাদা চাংজৌ চেপনা খুরুমজরি। লাইজা ঈরেল পুং পাংলকপা তাইবং অমম্ শিনবা রাংলেন পুংথাই মরুমদং ঙাইবিখো নম্মোম লাইবক থিবীনা শুকনা মম্বা অহিংদা লাকবা করম হায়না ঙাইহাক্তা ঙাইবিখো মালেম অঙানবা, তাইবং পোকপা মপু।

( অসি হায়রমলগা মাইকৈ অময়োমদা খোকখ্রে, মাইকৈ অময়োমদা নোঙাই খোরকই মুমিৎ তাশিল্লকলে )

নোঙাই—খুমন্ পোকপা ইবুধৌ ইমা লৈরেন সিদবী নমোম লাইবক থিবীনা রারিব'সি উবিদবোই। শাবি মাঞ্জ পাম্মুবা, ননাও লাইবক চাওবিনা হৈনা'তুংইনজরকপা, মাইকৈ কদোমদা চৎলগা পাম্মু নংবু উগবা।

( অহাংবা অয়াংগী ঈশৈ )

অয়াং— ইমোম ইবেম্মা খুমন চম্মু পোনজেম্বী ইমা লৈম্রি রাক্সমু ইচাই নিংবা থুংলনি। ইমাই তুংবু ইল্লকউ, খুজেং

পাললোইনদুনা চেক্লা মানা পাইখিবা, লমদম তামনা চৎখিবা য়াংদো লম্বেল তাকপিগে খুমন চন্থু পোনজেম্বী।

( অমমবদা মশেল ময়াং ওইনা হন্মুবী ওইনা অয়াংলৈমা থোরক্কুনা লাওরকই। )

য়ারুম্থু খুমন চন্থু ইমাগী হৈনা তুংইনজরকউ।

( অয়াংলৈমা চীং কাখি )

নোঙাই—কনানো পলেম মানবী নংহাকপো, খোইযুম লাইরা নমু তাইবংমীরা য়াবা নপাও শেংবিয়ু, খমনুং শবা তানগ্রবী, অমল য়াইথোং কুমথ্রবী, শজিক মতুং ইনথ্রবী, থাবা মমৈ য়াইখরবী পলেম ঊমানা নমোমনা য়ারিবসি উরদুনা লৈচিন খোংনেৎনা তাইবং মালং পানদবু লাকলবরা? খোইযুম লাইরা তাইবং মীরা নচাই মাংদা লেপ্লিরো নমোমগী অবাবা লিজগে?

( কোইয়েং য়েংই কনাম্থু থোরকতে মুংশাথিনা হায়রকই )—

নোঙাই—হিঃ! করিনো ঐনা পংতা তাবরা? পলেম শিলয়োম-মুংদগী মালেম লৈদা নাওফোংঙৈ, লাঞ্জরক্লিব্রী নচানি, নমোমগী ইরান করি লৈ, য়াইবী লৌবিরো ঐহাকপু, কামদ্রে হিংলুবগী।

( অয়াংলৈমা মাংখে. নোঙাই চীংখোং. য়োয়কলে, মতম অসিদা নোং-মুংশিৎ হোরকলে, মরক মরক্তা

নোংথাংকুপলকলে। নোংথাংকুপ্পগী মঙান্দা নোঙাই লৈবা মাইকৈদা কৈ অমা লাকপা উৱে অকিবগী মশক ফংনা ঙংলকলে)

নাঙাই—(পানবা কৈ উদুনা) ছি! করিনো ইবুধোগী শাই-য়োল্লা ফরে! ঐমক্তনা পান্থু থোগল কংলোইদবা মাঙ্গ মকায় য়োৱোইদবা লৈরবদি লাও! ইদ্ধো নংগী খায়াত্তা য়াইবী থৱাই কৎচরগে?

(অসি হায়দুনা কৈ লৈবা মাইকৈদা খোংকাপ অমা অনি থাংজিল্লগা লাওরকই)

লাও! ইবুধো নশু লাইবকথিবীনা থংলেন মকায় য়োৱোই-দবা ওইরবদি য়াইবী থৱাই লৌবিরো।

(কৈ অদু মাইকৈ অমরোমদা হাউমঙংদুনা চোংথোকপ্রে)।

নাঙাই—(মখুৎ লোন্দুনা) হে ইবুধো নশুনা য়োনখিবা অপূম্বা অৱোন অরান ঙাকপিয়ু পাইমা শিল্লেলোম্বী, থকশি-খাসি নাইদবী, য়োঙ্গথ্রবী নশুনি, মুংশিমকায় য়োজবা ইবুধো নংনা কুবিয়ু।

(খুরুমজে চৌগৎলকপদা হনুবীগী শাইওন্দা অয়াং লৈমা মাংদা লেপ্তুনা লৈরমলে)।

নাঙাই—পলেম্ মানবী খোইয়ুম ইমা নহাকপু কনানো?

ময়াংলৈমা—চীংঙু থাংজিংগী ময়াথং লুৱাই থোংনা পুরিবী অয়াং লৈমা ঐহাকনি, লাও চৎসি ইমাগা তীলমু-লাইমু ফত্তবা ইমান্না ঙম্না ঙাকনি। মাইকৈ ঙাকপা লাই-নিপাল, ইমোমগী

খুমং পাক্লোইমা খুমাংয়েনা. শিররে? ইমাগী হৈনা তুং ইনকউ।

( অয়াংলৈমা চীং কাখৎলে নোঙাইমু তুং ইন্নরক্লে )।

নোঙাই—ইমা মীরমলেন্দা শোকলবী মোমন্থু লাইবক চাওদিনা খুগা খাদা নিজরি, পাগু মকাগ য়েৌনবা চিংবিয়ুকো নচাবু।

( মতম অসিদা তোলেন মখুত্তা মৈরা অমা পায়দুনা চংলকই মুপী খোঙ্গেন তাবদা নোঙাইনি নিংদুনা লাওরকই অয়াংলৈমাদি মৈরা উবদা মাংখ্রে )।

তোলেন—মোমন্থু ওইবী নংবু কনানো,
অহিং তাংলৌ লৈনা থেং,
মীচিক মীখোন তাদ্রবা,
মুজা নদোম চৎকদবদি,
পানবা কৈনা শোক্কনি।
খুমন তোলেন থিনবিগে
কোলোই নপাও শেংঙকউ।

নোঙাই—( শোনবা ) হি! করমনো, মহু চাউবা তোলেন্নি ইমা লৈমা নমোম ঐবু কনবিয়ু।

( লৈত্থুনা য়েংলকপদা অয়াং লৈমা লৈরমদ্রে, কিবনা নিকলবী নোঙাই ইমা হায়না লাওরমলগা বাম্থখ্রে )।

তোলেন—হিঃ. মজা ইবেম্মনিনা, কিন্তু কিন্তু ইবেম্মা খুমন তোলেন লৈজরি।

( তোলেন প্রপ, প্রপ, চক্লাবাই, [illegible] পাম্বা [illegible] [illegible] চোংশিন্নকই [illegible] কৈনা ল্যকচৈ, কৈনা শোয়য়ে তোকেন [illegible] [illegible] লাওয়কই )

তোলেন—হা : !!

শিল হোংবা ( পট পরিবর্ত্তন )

মকম—শুগম্মু উমং লম্বী।

মরম—( উ অচৌ অচৌবা তৌবা লমনি নমু তাইবং মী ওইবনা চৎলবা লম্বী নত্তে। নোঙাইনা উমং অদু য়ৌরকপদা লম্মাংনরে খন্দুনা মিৎতা ঈরা চেন ভুং মাং হন্না য়েংবদি কনা উদা, হিক্লা কপ্পুনা হায়জরকই )

নোঙাই—করিনো ঐনা লাকইবা লম অসিবু ঐবু লম্মাংনরব্রা? ইমা অয়াং নৈমা নমোম লাইবক চাওবীবু থংলেন মরান য়াই য়ৌনা পুবিনি হায়বদাই। ইমা লাইরৈমা নংবু কদাইদনো নমোমনা কৌবসি তাদ্রবরা?

( মখাংদা কিরিবা ফি থোক্কুনা কিশি মশীং থিজে। মশীং তারা শুয়মলে )।

কোয়ৌ শীংবুম তারানি, তারানিদি শুখ্রেনা লোইরেদো খুমন চম্মু হন্দকী লাংওন অসিদা, শাবি থংলেন মকায় য়ৌদনা থাংমুথক্কা মুরা পুন্সি লোম্মু তমখ্রবোই। ইনেমমচা পাম্মুবা ননাও পাঙ্গল শোনবিদি কোয়ৌ অভিংঙা মালংদা থংলেন নংগী মাইকৈ য়েং পোম্বী শাগল হিকথনা মালেম নৈদা তারেদো, মাগ্র নংদি উদ্রবোই। ( শক উইনদনা রাংত্রেন নৈমনা [illegible] )।

য়াংব্রেন লৈমা—( খুনং ঈশৈ )

হা তারিকবা ইমোম ইবেম্মা খুমন চনু পোনজেম্বী
খানা চাওবা য়াংব্রেন লৈমা পমেল নমা ঐ লৈরি য়াগনু
পাম্মুই মকায় য়োনবা থংলেন ময়াল থুংনবা
নমা ঐনা য়াংদৌ লম্বী তাকনি, য়ারুনু ইমোম ওইবি
নহাকপু।

নোঙাই—( মখুৎ অনি লোন্দুনা মখোন তাবা মাইকৈদা কপ্না কপ্না
লাওয়কই )

ইমা য়াংব্রেন লৈমা, নমোম লাইবক চাওবী
খাজংথৌনি য়াংলবী, পাইমা ইয়েচল্লবী
সুংশি থাইনা মৈচাক্লা পাম্মু মৈথু লাংলবী
খুবাং চাংজো তারানা ইন্দ্রকায়না লিশিংনা
নমোম ওইবিনা খুরুমজৈ, পাম্মু লৈফম তাকপীয়ু।

য়াংব্রেন—( য়া ওইনা ) য়ারুগনু খুমন সুজা নহাকপু মাঙ্গ মায়খোঙ্গুল লিয়কপা ইমানা লম্বেল তাকপীগে, সুয়া নমাই অয়াং পাং লমলেন মদাইমা তাইবী ল্যাংথবাল থোংজু য়াইয়োকপা তুংওইনা মৈতৈ কংলৈ স্না পুং তুবীপাফল অয়ীবা। তুবী মথেক কোনবা লম পোইরৈ মৈতৈ পুং য়োনবা, ইমোম নংবু খোং শাল্লো। নথংলেন নমান মচাদি চেক্লা নোংইন কৌবনা শুকনা মমবা অহিংদা, থাজ মঙান ঙাইবগুব শানৌ নংবু ঙাইয়মলগনি, য়াংনা খোংদোই হুলহৌয়ো। য়াংদৌ লম্মথাংদা তীলমু-লাইমু ফত্তবা নমা ঐনা ঙাকনি।

নোঙাই-য়োইচাল হৈবী ইমা লৈমা, পাম্মু লৈফম তাকপিরে, নমোম ঐবু কুবিরে, নতু তুবুম লিশিংনা নোংথাং লৈমা ওইরিবী নশেক নঙান অহেনবা ইমাগী চেংলো নিংথিবী নমোম ঐবু উহনবিয়ু।

## ঈশৈ

গুরুগী লবাই কোইরেন থক্তুগী
মালেম শমবুম তিংথোকপা লাইয়ো।
য়োৎকী খুরুমবু তোংলিবী
শেলগী কোটি পায়রবী ও!
ঙারেন্না ফমফম ওইনবা লাই,
ঙাতেন্না শাদোং ওইনবয়ো।
কুম তরুক্না ঈরিবা
কুম তরুকনা কুমথাবয়ো।
খানা চাওবা লাইনিংথৌ
শমু ওইদা তেংপাংবী ইবেম্মা
মিঙ্খেরেন্না থাদা চাওবী কৌবিয়ু।
তাইবং মালং পানববু
ঙারম্ চামানিপাল পিরিবী
নমু তাইবংবু য়োকপিরি
অনেম্বা চামাবু চিংথৎপী

অৱাংবা চামাবু নমুথবী
চীংঙু ননাইবু চিংখৎপিয়ুকো ইমায়ো
চীংঙু পরৈচেৎনা থাগোঞ্জে
ননাই লাইবক চাওবীনা।

( মতম অসিদা মিৎথক্লা ঙাল্লবা মঙাল অমা নোঙাইগী মমাংদা ঙাল্লকই নোঙাই খুরুখুদক লৈতনা খুরুমজে )

নোঙাই—করি খঙদবী নমোমনি. ৎংলেন মকায় য়োঁজবা ইমা নংনা কুবিয়ু।

লাইট ওফ

— —

# অনিশুবা মতাং

## অনিশুবা উৎপা

মতম—অয়ুক মুমিৎ থাতোনলোম্বা

মফম—মোইৱাং লাইহল্লি হিদেন তোর্ব্বান অনিমক্তা ঈ-তৌ-শিংনাংনচিংবা হৌই। তুৱেল অসি তামনা চীংদগী খোং মচা ওইনা চেন্থরকই।

মৱম নৈশ্রিক খোম্বী মতা অনিগা লোয়নবা লাইহল্লি হিদেন তোর্ব্বান্দা চিংহি শম্বাল লাংগদবগী য়েকখোৎলবা পুল্লাং

অমমম পাঙ্গৈতুনা হিদেন্দা কুমথরকই, মুরা ওইবী অমনা চিংহি
চফু হাংদোকলে মনম মুংশিবা তাবদা ২শুবা মুরানা হায়রকই।
২বা মতা—ইশ! ইতা নংগী চিংহি মনমসিদে!
১বা মতা—ইতা ইবেম্মা ঐগী চিংহি'সি করিগা পানদমলসিবা।

## ইশৈ

তুরেল লাইজা ঈতুংফম, লাইজা ঈরেল পুং-ওইবী,
হৈককনা নাহুই চল্লিবী, থাংজিংনা পোমখিন্নরিবী,
লেমলৈ ঙারম তুংনফম ঙান্নু থংগোং চাকতা লম
থাংজিং শকয়েং ওইরিবী, লমলেন লোক্তাক নিংথিবী।
লোক্তাক খোংবান মতা ফবা, খোইমাতিংগোই লোনব'লম
শিঙেল লৈরাং লৈনুংশি, লৈপাক-কুন্দো কোলোয়নি,
পাইমা পুকনিং খোইরাংবী, লোইবী চাদি খোংজাই মাপী,
লাংমা নাহেনবী চারোৎ মরা তুঙোবী
মুজা খুৎনা ফোইরুরে, নিংঙোল পুল্লাং নিংথিবী
চিংহি থম্না হাপচিল্লে, য়েনশিন, শংব্রে, চম্প্রাদি
খাম্বী থক্তা ফুৎলেদো, হৈনম-লৈনম চুরবা
চিংহি মাবু লুরবা নিংঙোল পুকনিং মুংওল্লি,
পাখং পুক্লিং খোইরাংই, চিংহি মাবু লুবদা
কাইনা মৈশা লাংবীসু থংলেন্ মকায় য়োঙমই ॥

লৈশ্রিক—ইতাই চিংহি অসিদি চীংঙু পরে চেৎনা মুজা রাইথুংফম
থংগে ফুৎলবা হায়'দু ওইরে।

১বা মতা—অণ্ডইবনিনে ইতা, ইতাস্থ লুজবিয়ো।

( লৈশাবী অহুম অহ্ নোক্‌ল নোকলদুনা চিংহি লুজনবা খাই-দোক খাইজিন তৌরি, মতম অসিদা থাংপোকতোন তোর্কবান রাংমদগী তৌরক ফাওরক্তুনা তুরেল লাল্লকই, মাবু উবদা লৈশাবীশিং খংদুনা চিংহি চফু হুন্দোকলমদুনা চেনখৎলকই, থাংপোকতোন রাখিবনা তুরেল মপান্দা তুরে )।

১বা মতা—হায়মা কনানোসিদে।

থাংপোকতোন—ইবেম্মশিং কিগন্নু, ইবুং-থকতবনা হকচাং অসি পুবা ঙমলক্তে। লাও ঈশিং থুয়ামতা পীথকপিয়ো।

২বা মতা—লাইমা ঙমইদা লাইজা ঈশিং কুমদুনা লাকলগা ঈশিং খৌরাংই হায়রিবা ?

লৈশ্রিক—( ১বা মতা ) ইতা কনানো হংউ।

১বা মতা—ইবুং নংবু কনানো, কেগে মোইরাংলমগী ইবুং ইপুরা মানদেদা।

থাংপোক—ইবেম্মশিং ঐ কেগে মচা নত্তে, ঐগী পাওথুম পিদ্রি-ভৈদা ইবেম্মশিং ময়ম খরা খঙজবা য়াগদ্রা ?

( হৌগত্তুনা ফমই )

১বা মতা—করিনো হায়বিরিবা অসিবু নচনখোয়দি মোইরাং চন্নু ওইজরে, তাদগী হান্না তাকপিখো।

থাংপোক—ইবেম্মশিং ঐ রা ঙাংবা থোকত্রে, লাইজা থুন্না অমতা পিথকখো, কোন্না রারি রাখোং লিজগে ?

লৈশ্রিক—( ১বা মতা ) ইতা লাইজা ঈশিং খরা শোক্লকউ।

১বা মতা—ফগনি। (পুন অমা পায়দুনা ঈশিং শোকপা কুমখি
ঈশিং পুদুনা লাকই, লৈশ্রিকতা পি) ......... সে ইতা।

লৈশ্রিক—ইতা খরা পিথকউ।

১বা মতা—মাই ভমজদে।

লৈশ্রিক—(পুন লৌরে ঈশিং পুশিন্দুনা হায়রকই) ফানবিরো।

থাংপোক—কদাই ইবেম্মা চীংঙু থাংজিংনা থৌজালবিবা ওইসমু
(লৈশ্রিকনা ঈশিং হৈ থাংপোকতোন মথুৎ য়াদুনা ঈশিং থকই)

লৈশ্রিক— তাকপিরো কনানো ইবুং নংবু করি থবক লৈদুনা
মোইরাং তাননা লাকপগে?

থাংপোক—খুমন পুংদা কায়দোংলিভৈ
লোক্তাক ঈশাই মাপননা কোনবা লম,
থাংজিংনা মদোম শেম্বা লম,
কেগে মোইরাং লমদা
হাইনা হুমনা পালিবী
লৈরাং লৈশক তাকপিখো।

লৈশ্রিক—লোক্তাক য়াইদা য়াংতাবী
কম্বোং নাদা য়াইহিপ্পী,
চারাং থক্তা য়া-ওনবী
হৈকক্ নাদা তোংলিবী
চেকলা চাদি অমুবী
ইখোইনৌ ইতা নহাক্লা

নিংভোল লাইবক চাওবীনা
চয়ৈ ফিদেং-লিভৈদা
চেক্লানা নোংপোক হেনবা লম
লাক্লা লাক্লা খোংবদি
কনাগী মপাও তাকপগে ?
শিংভেল লৈশক তাকচয়োই
কোলোয় নপাও শেংবিখো ॥

থাংপোক—কংলা উত্রা মাংদা হৌজবা পামেলনি,
পামেল কোলোয় হায়রগা
মৈতৈ নিংথৌজা থাংপোকতোন,
পামেল মাগী উশানা, খুমন লৈবাক য়ৌবনি,
মোইরাং লৈবাক শাৎপনি।
কোয়ৌ মশেক ফংবদা
অইং অশা খায়বনি,
পামেল উরুম ফংবদা
আশা মৈচাক পোকপনি,
পামেল কোলোয় তাকচয়ে,
লৈরাং লৈখোং তাকপিয়ো।

লৈশ্রিক—অওই ওইদা থিদনা, পামেল কোলোয় তাজয়ে, অচুম চুমদা খংদনা লৈরাং লৈশক ফোংজগে কেগে মোইরাং লৈপাক্তা হাইনা হুমনা পাল্লিবা পুময়োম থোবা ইনিংথৌ, ম্লেৎথং পান্থোম

ওইরিবা পাময়োম হৈবা অঙম্বা, অঙম্বা মাগী মমোমলোই লৈরাং কোলোয় হায়রগা লৈশ্রিকখোম্বী কৌইদো।

( মতম অসিদা পাময়োম হৈবা মনাই মুড়ানচিংবা মনাই অনিগা লাকপা উই, পম্হৌ অঙম্বা লাকপা উবদা মুপী মচা ময়ামদো, চেনথোকনরকই পাময়োম হৈবনা হুংলকই )—

পাময়োম হৈবা—হাঃ কৈদৌরগে ইচা শা!

২শুবা মতা—পম্হৌ অঙম্বা চিংহি শম্বাল লাংগে ঈমু ময়োল শংকে নমোম ইতা লৈশ্রিকका নতা ঐখোইনা লাংলিঙৈ, শিংনাং তৌরক শমতুনা মীশক মীশা খঙদবা তম্বা নিপা অমথক শারাকক্ষবা পামবগুম চোংথোরকই অঙম্বা।

পাময়োম—করি হায়বা কদাই তম্বা'দুদি।

২শুবা মতা—( থিন্দুনা ) সোমদা লাকয়ে অঙম্বা।

পাময়োম—হায় তম্বা নংবু কনানো কেগে মচা নত্তবরা, ইমোম লৈশ্রিকখোম্বী খোইনৌ মতাশিংগা চিংহি শম্বাল লাংলিঙৈ থওই থোশাদবা করিগীনো?

থাংপোক—চুমই অঙম্বা থোগললোন খঙদবা হায়বত্তু থোকখ্রে, কেগে মোইরাং য়োনিংবদগী তু-খোং শমতুনা লাকপনি।

পাময়োম—করিগী তু-খোং শমতুনা লাকইবা, হুরান শাজৎ চৎপদি, নং কনানো কোলোয় নপাও শেংউ নত্রবদি!

থাংপোক—অঙম্বা, ঐ মৈতৈনি।

পাময়োম—হা: মৈতৈনি হায়বা! হায়য় পলেম পম্বোগী কলোয় করি থৌ লৈদুনা কেগে মোইরাং লৈপাকতদি, লাকইবা ?

থাংপোকতোন—কেগে অঙম্বা, ঐঙোন্দগী মৈতৈনি হায়বা অসিদগী হেন্না খঙবা য়ারোই থৌগী মরমদি চুমনা চৎথোকলকপা।

পাময়োম—য়া মৈতৈ মচা, মফম অসিদা নতিক নঙম উৎপা শারি, হা: হা: হা: অদুরা, করি য়েংলি তয়ুমশা ফাও হায় মৈতৈ মচাসে।

থাংপোক—করিনো অঙম্বা মোইরাং অথৌবা শাজৎলা চুমনা লাকপা ঐবু কল্লক য়েংথি লৈরগা অথৌবা নশা চোংথোকরকউ, শয়েং পাম্বোম ঙাননসি, করিগী অয়ম্বঙুমনা নচা ননাই থৌদারি। ঐবু ফাগদবগী মরম ?

পাময়োম—মরমসু থিবা শারি হা: হা: হা: মৈতৈ! লোঙ্গা লোনথুপনদুনা মোইরাং লৈপাক মাংহনগে থৌরাংবোই, করিসু লৈতবা খনজবা শারি মোইরাংবু কেদৌরি তয়ুমশা! হৌজিক ফাওবা মৈতৈ ফাদ্রি য়া…

(মুড়ানচিংবা মনাই খরগা
থাংপোকতোনগা লাকনৈ
চোকথরবা থাংপোকতোন
মোইরাংনা নমদুনা ফারে।
লৈশ্রিক মতাশিং ঙক্কুনা য়েংলি)।

পাময়োম—কমদোই মৈতৈ! মোইরাং ইতিক খঙহনগে তুংদুন পরৈ

মচুনা মোইরাং কংলা চৈরাক তাননা পুখৎলকউ তয়ুমশা মতিক চাবা রায়েল চৈরাক পিগদবনি।

থাংপোকতোন—অসিরা মোইরাং অভম্বা, মোইরাং নখোইগী নহৌশা, কেগে নখোইগী নরমচৎ মী অমদা ময়াম চংবা।

হাঃ হাঃ হাঃ মোইরাং সল্লাইচা।

পাময়োম হৈবা—মৈতৈ সল্লাইগী মরৌ থঙগদবা রাংলেন পুংথায়-মরুমদা মঙাইরে. নংনা হায়ৗংবা পুম্বা মপু মোইরাংথো স্না মাংদা মফম'সি নচিন নয়া হেনবা কান্নগদবা নঙে। থিল্লে তয়ুমশা হৌজিকমক কংলা চৈরাক তাননা পুখ্রো চৎলু।

( ময়ামনা চিংদুনা পুবা লৈশ্রিক।

লৈশ্রিক—করিনো পস্থৌ অপোকপা, থৌরম থৌঙং থঙদনা চুম্না লাকচবা মীদা অকন-অঙ্গিং শিববু।

পাময়োম—তুমিন লৈয়ু ইবেম্মা মুপীজা নশিন নপ্তেনা।

লৈশ্রিক—লংলা লংজিন খঙজনিংবা।

পাময়োম—মপু স্না মাংদা, চৎলু তয়ুমশা থিনখ্রে। ( ময়াম থোকখি থাংপোকতোন চিংদুনা পুখ্রে )।

১বা মতা—করিনি হায়বগে ইতা থৌদোকসিবো।

লৈশ্রিক—নখোইস্সু উরিবনি, করিনি হায়বগে? পাইমা রাখল থোকতবা রানি, মোইরাং সল্লাই ময়েং তাবা রাকমনি, মৈতৈ নিংথৌজা অমা উরগা ময়াম চংদুনা হেক মফাবা।

১বা মতা—অতৈনা নত্তুয়ে পস্থৌ অপোকপনা ইতাগীদমক।

লৈশ্রিক—করিনোদা মতাংচাদনা হৌজিকপু করেম্নবা মতমলা?

২বা মতা—করেমনবা নত্তেয়ে, থবক থৌওংনা তাকপনি, করিস্থ লানঙ্গদবা মীবু শাওশিননদুনা ফাবযু কম্বিগী ওইফম থোক-পগে হায়রবা।

লৈশ্রিক—( ইকাইনা ) চৎতুম চৎলসি।

২বা মতা—ফগনি ( ময়াম থোকখি )

লাইট ওফ

---

# অনিশুবা মতাং

## অহুমশুবা উৎপা

মতম—সুংথিল

মফম – মোইরাং কংলা চৈরাক শংলুং।

মরম—মপু মোইরাং নিংথৌ, ফম্বাল লাংদা ফমলি, নাক য়েৎত থোংগল তা, থাং, ওই থংবা মাইকৈদা পাময়োম হৈবা, মনাই মুড়া ফমনাইবা খন্না ফমলি।

পুময়োম থৌবা—ইপু হন্দক মৈতৈ কংলা তাননা চৎলুবা মৈতৈ নিংথৌ মুরাংবা কোলোই মপাও কম্বি তাকপিয়রুপা।

পাময়োম হৈবা—হায়দোকপদা তাংজা ইকাইবা বাম্নি পুম্বিরুলাই।

পুময়োমথৌবা—কম্বিগী ইকাইগনি ইপু হায়যুদনা।

পাময়োম হৈবা—ইনিংথৌ! ইবোম লৈশ্রিক খোম্বীবু মৈতৈ

নিংথৌ মুবাংবা মপারি নোংমা হেনবা মঙোন্দা খরাই থক্তা লৈহাপ লৈয়োং লাইদা কৎপগুম তৌওৎ চামা তমং চামা, মীনাই মাইবুম চামা, চামা চামানা থুজিং ওই, ইমোম শকনা মৈতৈ পুংদা থিনগে মৈতৈ মোইরাং অনিমক, চান্না পরৈ চেৎনা প্যানমিন্নসি, শাগৈ ঙাই ওইনসি হায়রুববু মপু ইবুংঙোগী মাই য়েংদা তরাই তকোক য়ারক্তবা করি হায়না তমগনি।

পুময়োম থৌ—অতুমক হায়রকলবা ইপু।

পাময়োম চৈ—ইনিংথৌ ঐবু লোইবা লৈমা, ঙাঙোই লৈবাক মপু, রাফম অসি ননাই ইপু হেক হল্লকপগা হঙ্গচরগদবনি তাংজা ইকাইখিবনা, মপুই স্না মাংদা করমনা তমসিগে, মপুই স্না নাকোংদা করমনা তাহনসিগে থগুতুনা পাইমা পুকনিং খোই-শাওতুনা নোংমা নিনি পনজরুরবনি ইনিংথৌ অয়োন অরান ঙাকপিনি।

পুময়োমথৌ—অচ্চাঃ লাকচৈদা ইপু, মৈতৈ সল্লাই নিংথৌনা মোইরাং সল্লাই নিংথৌদগী করি হেন্দুনা অসুক হনথনা য়েংলিবা, অতুদগী ইপুদি ?

পামঁয়োম হৈ—অতুদগী ননাই ইপুস্নু মৈতৈ কংলা লৈবাক মমাংদা তাংজা লৈদা লুক, পাইমা মুংবংনতুনা অতুম খোয়কলে। মুং-ঙাইখিন্রেদা লাইনিংথৌ কেগে মোইরাং লৈবাক্তা পানহৈখি-ন্রেদা।

পুময়োম থৌ—ইপু রায়োইনা, করিগী পুক্লিং সুংশিরি, ইপুনা নিংবা 'পুম্বা হায়য়ুদনা

পাময়োম হৈ—থরাই সুংভাইখিদ্রেদা লাইনিংথৌ, মৈতৈ সল্লা চানা কেগে মোইরাং সল্লাইচাদগী মরম করিদা হেন্দুনা অসুক থওই থৌশাদবা, মাসিগী খল্লুরবদি ননাইদি।

পুময়োম থৌ—করিনো ইপু মোইরাং লৈবাক্তা নিংথৌ ঐনা চাওবদি ইপুথোয় খ্বাই অভম্বগী মপান তাংদুনা চাওবনিনা, ইপুনা শাম্বা মৈতৈ নিংথৌজাগী মথক্তা করম্বা মতিক ওকপা চৈরাক চৈথেং পিদুনা লমন শিংনিংবা।

পাময়োম হৈ—হৌদোকচবা ভমদদুনা তৌবনি ইনিংথৌ মরমচংকী হায়রুরবদি মৈতৈ নিংথৌজা মুরাংবগী মথক্তা, কেগে মোইরাং হুপ, হাওরি হাওরা, মোইরাং চীংশাং লাকপা অমতা থাক্তনা শাম্মী-লাম্মী খোমলগা অকনবা হুয়েল লান্দনা, মৈতৈ নিংথৌ মুরাংবা ফম্বাল লাংদগী চিংথবা অসিনা পেনগনি লাইনিংথৌ।

পুময়োম থৌ—মদুমক মতিক চাবনি অভম্বা, হন্দক্কী রাফম অসি মৈতৈ নিংথৌনা মোইরাং ঐখোইবু মী ওইনা উত্রে, অদুবু রাফম অদুদা হুয়েল লানদরুবা খোকলবদি সল্লাই নিংথৌশিংগী মমাংদা মোইরাং সল্লাইগী ময়েং তাবা থোক্কবরা খন্নসি।

পাময়োম হৈ—ইনিংথৌ রাফম অসি ননাই ইপুদি য়ামনা সুংভাইজদে, অদুগী মথক্তা ভসিদো ননাইনা অশুম কংলা কাঙ্গরকপদা য়াংদো লম্মাথাং লাইহল্লিগী ভুরেল খোংবান্দা তম্বা নিপা

মীরান অমা লৈরমলে। ননাইনা মম্নম খরা হংজবদা লেংনা তাকথোকত্রে। মৈতৈ মচানি হাম্নবা অসিদগী হেন্না মাগী মচিনদগী অতৈ তাবা ফংদ্রে, মাদুদা ননাইনা মোইরাং অরোন অথুপ খঙনবা মৈতৈ মুরাংবা মহাকনা মচা মনাই খারকপম্না খনজদুনা তুংবুন পরৈনদুনা কংলা চৈরাক তাননা পুরকলো, মপু স্না খুয়াদা কৎলগা মতিক চাবা রায়েল চৈরাক পিগে হায়রমলে।

পুময়োম থৌ—মরৌ তৌইদা মৈতৈ নিংথৌ চুমনা ইচা লৌরোই তোকউ, অদুদা নত্তনা অরোন ই-পাও লৌনবা মনাই থারকপা, অদুদি ইপু তম্বা নিপা অদুদি।

পামগ়োম হৈ—ননাইশিংনা পুরকহৌরি।

( মতম অসিদা মনাই অমা চংলক্তুনা খুরুমই )।

করিনো হঙ্গলু লাইনিংথৌদা।

মনাই—ননাই এখোইনা মীরান অমা কেগে ভমদাইপুংদা লৈরমদুনা ফাজরকলে।

পুময়োম থৌ—পুশিল্লকউ তয়ুম।

( মনাই খুরুমলগা থোকথি থাংপোকতোন পুশিল্লকই )

পামগ়োম হৈ—তুংবুন পরৈ থাদোকউ।

( মনাইশিংনা থাদোকই )

পুময়োম থৌ—পাথং নংদি কনানো? কনাগী মচা মগুনো কেগে মোইরাং লৈবাক্তদি করি থৌ লৈদুনা।

থাংপোকতোন - ইনিংথৌ ঐ মৈতৈ মচানি, য়ুম্ফালদগী লাকপনি।

পুময়োম থৌ—মৈতৈ মচানি হায়রদি খুঙলে কনাগী মচা মগুনো, কোলোয় নপাও শেংউ, কোলোয় নমিংনা কব্রি।

থাংপোকতোন—ননাইগী পাওখুম হায়ববু মৈতৈ মচানি হায়ব্রিব'সিনি লাইনিংথৌ।

পাময়োম হৈ—শমু নঙক্ কনগম্বু মৈতৈ মচা, হংলিবা অসি কেগে মোইরাং লৈবাক্কী মথক্তা অমা লৈত্রবা লাইনিংথৌনি খঙদবরা ইয়া।

থাংপোকতোন—খঙজে অঙম্বা, কব্রি ইরান লৈতুনা চম্না লাকচবা ঐবু নিংথৌ চৈরাক ফংগনি।

পাময়োম হৈ—নংগী নরান হায়ববু অশেংবা পাওখুম পিদবা লোঙ্গা লোম্থুপ্নবা পাওখুমদগী।

পুময়োম থৌ—ইপুঙসিগী মৈতৈ মচা অসিগী রায়েল চৈরাক, রাথিনবদি ইপুগী নখুত্তা শিন্নরে।

পাময়োম হৈ—ননাই মৈতৈ মচা, অসিগী রায়েল চৈরাক্তি য়াইবী মথরাই লৌবা।

ময়াম—য়াইবী মথরাই লৌগদবনি।

পুময়োম হৈ—তারবরা মৈতৈ মচা নংগী চৈরাক রায়েলদি ইপুনা হায়-রিবা অসিনি, মাসিদা নংগী য়াইবী মাংলোইদবগী মরম।

থাংপোকতোন—মোইরাংদা ননিংনি, ঐগী কব্রি অমুক।

পুময়োম থৌ—নত্তে নিপা নংনা মোইরাং লৈবাক্তা লাকপগি মরম, কোলোয় নপাও শেংদবা মরমনা মৈতৈ নিংথৌগী অরোনবা

পাওগীদমক, লৈবাক্লা চিংনবা পোকলে, অদুনা নংগী মতিক চাবা নরানগী মহৈদি, ঙাবোং খাওদা নমলগা লোক্লাক ঙামি থেমনবা, নত্রগা কংলা উত্রা মমাংদা পামেল উরাং অচৌবা, নখোং নখুৎ পুনশিল্লগা ত্তিমেল ত্তানা, থজিন মতা ফব'তুদা ফাওরেং লেংতুনা য়াইবী নথবাই লৌবা, করমবনা পামই থল্লু।

থাংপোক—ইনিংথৌনা অপামবত, য়েকনবগী মখুত্তা তারবা মীগী মক্ষমদা করি অমুক পাম্বীরি, থিল্লেনা লাইনিংথৌ।

পুময়োম থৌ—মরিন খাবা মৈতৈ সল্লাই, ইপু মৈতৈ মচা অসি হৌজিক-মক শংলিংবগী মখুত্তা শিন্নখো, য়াইবী মথবাই লৌ হায়।

পাময়োম হৈ—হাঃ হাঃ হাঃ মৈতৈ মরিন খাউদা, য়াইবী নথবাই পাম্মু-দ্রবা, কনা লৈ মৈতৈ মচা অদু তুংবন পরেনৌ হায়।

(মনাই অনিনা থাংপোকতোন পুনগে তৌই, মতম অসিদা মনাই ক্ষমনাইবা অমা চংশিল্লক্তুনা সন্না না-কোংদা লোম্না লৈশ্রিকী পাও চিরোন তৌরে, মপা পাময়োল হৈবদা অমুক হায়রে। নিংথৌনা)

পুময়োম থৌ - ঙাইখো তয়ুমশা মৈতৈমচা থাদোকখো।

(মনাইশিং পুনবা তোকলে)।

ইপু—পাইমা ৱাথল করি থল্লি।

পাময়োম হৈ—মপু সন্না নোংদমনি, মথা তাবা ৱায়েলদি,

পুময়োম থৌ—সুংঙাইদা মৈতৈ নিংথৌজা পারিতোন নপুকনিং ৱারো-বোইদো। তাম্বিবরা মৈতৈ।

থাংপোকতোন—ইনিংথৌ।

পুময়োম থৌ—কন্নিগী ঐভোন্দা মীনমই, নংবু মৈতৈ নিংথৌ মুবাংবা মপান্নিতোন নত্তবরা ?

থাংপোকতোন—অহোই।

পুময়োম থৌ– য়া কোলোয় নপাও শেংলোদনা, কোলোয় নমিংদি।

থাংপোকতোন—থাংপোকতোন।

পুময়োম থৌ মোংমা হেনবগী মনাওতোন

থাংপোকতোন—ইনিংথৌ।

পুময়োম থৌ—অদুদি কন্নি থবক্কী কেগে মোইরাং লৈবাক্তা।

থাংপোক—য়ুম্ফাল তুরেল ঈরমথৈ, খুমন অবা'পিসি ইপাবুং মুবাংবা ইয়াম্বুং তরুকমকনা হায়রবদা নমুপোংলমচৎ নত্তে তুরেল তুখুন থৈফদে থাংপোকতোন ঐনা লাওরবদা. ইপাবুং ময়াথং মৈতৈ পোইরৈ পুংদগী ঐবু তাম্থোকলকপনি। খুমন পুংদা য়োরুরে চাখাবা মপান্নি খারমহাবুহনবা য়াংলোই মনাও তরুক খুমন হুপ্না চাখাবা লমনশিংগে ঐবু য়াইবী থরাই লোগে তান্নরকলে. অদুনা মোইরাং লমদম পাংলকপনি, অসিদনু অস্তমনা।

পুময়োম থৌ—হাঃ হাঃ হাঃ অদুগীন্না পান্নি মৈতৈ নিংথৌজা নংনা ঙশাই মখৈ ব্রাম্নোরম্বা। ঙাইখো অদুদি, পাইমা পুকনিং তপথখো য়াইবী থরাই কনগে ?

থাংপোকতোন—তাকপিসি।

পুময়োম থৌ—মজা ইবুংঙো, নপাবুং মুবাংবনা মোইরাং সল্লাই ঐখোয়বু,

[illegible] মতাংদা তাংজা ইকাইবা পিখ্রে। মাসিগী খাম্বী মৈশাদি মচা ইবুংঙোনা মুৎপিগদবনি, নত্রবদি মজা ইবুংঙো মথক্তা।

থাংপোক—তাকপিগদবা মরম।

পুময়োম থৌ—ঐগী য়েৎথং পাম্বোম ওইরিবা ইপু পাময়োমহৈবগী অমতা পোকপি মমোমলোই মথক্তা মপারি শাত্রবা মখাদা মনাও তাত্রবা, কোলোয় মিংলেন্না লৈশ্রিক খোম্বী কৌরবী, তম্পাক য়ুমদা চাওরবী, নিংথৌ ঐগীনা ইমোম শকলবা অসি পারি থাংপোকতোন নংঙোন্দা, খরাইথক্তা লৈহাপ্না লৈরোং লাইদা কৎপগুম, পিরগে? ইচাগী অউন অপোৎতি অতৈ পিরুবনা পেল্লরোই, পারি থাংপোকতোন নংঙোন্দা মৈতৈ কংলা ফম্বাল লাং উল্লগদবনি। ইবুধৌ থাংজিংনা খঙসনু নত্রবদি পারি য়ারোগনু য়াইবী থবাই লোবা, খল্লু খল্লু পাইমা পুক্লিং লৈতানা, মজা ইবুংঙো।

থাংপোকতোন—( খুমদে রাখল খল্লি )

পুময়োমথৌ—খুম্মু মজা ইবুংঙো, মোইরাংগা মৈতৈগা ঙাই ওইনিংদে হায়বরা? ঐনা শরি নামুংলবসিনি ইদ্ধৌ থাংজিংনা খঙ-গনি হন্দকপু মজা ইবুংঙোনা মোইরাং ঙাই ওইনসি হেক য়াবদা মৈতৈ কংলা ফম্বাল লাং মজা ইবুংঙোদা শিন্নগে ইমোম ইথেম্বা লৈশ্রিকসু অপানবী অহন থিনদোক্কদবনি! মোই-রাং লাম্বী অথোবা, চীংশাং লাকপা পুন্নমক মজা ইবুংঙোগী

মতেং পাঙভুনা মৈতৈ লৈবাক্তা হুয়েল লাম্দাগ্নদবনি। হায়য় মজাইবুংঙো।

থাংপোক—লাইনিংথৌ ননাইগী য়াইবী থবাইদি পাম্মুদে অদুবু—

পুমৱোম থৌ—অদুবু হায়বা, করি চিংনবা লৈ, মৈতৈ নিংথৌজা।

থাংপোক—কেগে মোইরাং লৈবাক্কী ইনিংথৌ, পাইমা পুক্লিংগী য়াথং থোয়াবু কয়ম ঙাকসিবনো? হায়সি হায়ঙমদা হায়দসি কদাই, লেমলৈ ঙানা রাঙাংবা লাইজা ঈশিংনা পনবগুম!

পুমৱোম থৌ—মুরাংবা মপারি, পম্থৌ নপাগী লমনসিদদি নংনা কোক-পিদুনা মোইরাং সল্লাইগী তাংজা মাই ইকাই কোকহলম্মু।

থাংপোকতোন—অদুদি লাইনিংথৌ, কোলোয় য়াথংদি ঙাকচরগে মুমিৎ শীংবুম মঙানিদদি ঙাইবিথো হায়ববু।

পুমৱোম থৌ—নুংঙাইরেদা মজা ইবুঙো, অদুনিদনা মৈতৈ সল্লাই মচা হায়বদে। (পামৱোমদা) ইপু করি খল্লি, রাকম'সিদা?

পামৱোম হৈ—মপুই স্না য়াথংনি ননাই ইপুনবু করি অমুক।

পুমৱোম থৌ—অদুদি ইপু মজাইবুংঙো অসি নোংমা নিনি ইপুগীদা থমবিথো।

পামৱোম হৈ—য়ামনা ফগনি (থাংপোকতোন্দা) মজা ইবুংঙো ইপু-খোইদা লেংলসি (পামৱোমনা থাংপোকতোন কোন্দুনা পুথিবা)।

পুমৱোম থৌ— ঙসি অশ্বাই.........।

লাইট অফ

— —

# অনিশুবা মতাং

## মরিশুবা উৎপা

**মতম**—মুমিদাংবাইরম কুচু লোকপা।

**মফম**—লৈশ্রিক খোঙ্বীগী মাঙ্গোল খেঙ্গোংলাং।

মরম—নিংথিবা ফক, মুরা থারি নাকথা ওইরম্না মতা অনিগা লোইননা চীংঙু থাংজিং কৎনবা লৈ পরেং লেংজরি। ইংখোলগী মাং ওইননা হোজং লৈ ইংখোল মনুং অদু হৈ-লৈ রাৎতনা শাৎলি পাল্লি।

### ঈশৈ

১বা মতা— ( শৈহেকতম্না )

অবা হুইদোংলাংদবা, কেগে মোইরাং লৈকোই পুং
মোইরাং লাইয়ো লাইনিংথৌ চীংঙু নোংশাবা মপারি।
অয়াংলৈমবু পাওতাক লাই, ইঙ্কৌ থাংজিং কোইরেল্লাই
থাকন মথোল কচ্চগে ইতাই নিংবা কুবিয় দে।

লৈশ্রিক—ঐ হেক চেনখিনি।

২বা মতা—( শৈহেকতমনা )

থাংজিং লৈমা পাম্ভোইবী, মুংশি লৈচন শেমলিবী
খোইয়ুম যম্ভোং আপানবী, নোংপোক পাম্ভোইবীনা
শাইওনবী, হৈমন চাবী নশুনি লৈমন চিনবী ইতানি,
চরৈনবু নমখাং হোংজগে, ইতাই নিংবা কুবিয় দে।

লৈশ্রিক—লাইমম্থ তনদেদা।

মতা ২ পুন্না—( শৈহেক তমহুনা শাখেকা লোইননা )

ভবুধৌ থাংজিং কোইরেল্লাই, ইমা লৈমা পান্থোইবী
কুমসি কুমজা হরাওবা, তাওজিং হৈরুক কাজগে ?
মেলৈ লৈস্না লৈরাংজগে, ফিরান মথোন কচ্চগে ?
পাখং শিঙেল লৈপাম্বা, নিংঙোল তাওজিং হৈ পাম্বী
ইঙ্কো নংনা মোংদমবীয়ু, ইমানা লৈপুন শেম্বীয়ু দে ॥

ঈশৈ অসি শকপা হৌরকপদা মুড়া চংলকলে, মতৌ অদু উবদা মুড়ানা ময়া কাহুনা য়েংদুনা লৈরি। লৈনা জগোই শাররকপদা মতা অমনা মুড়াবু ঊরে, ইকাইদুনা হায়রকই।

১বা মতা—তাদা মুড়া, কয়া কুইরে।

মুড়া—ইনং হেক নংহৌই, শৈহেক শৈদা ফজগ্রে ইচনদি।

( লৈশাবী অনি নোকচৈ )

লৈশ্রিক—মতম খঙদনা হেদো হেরাও কাবা শাব্রিবনি কয়মোরাও তাদা। ( মুড়া চংলক্কুনা মচি অমদা কবাজে )।

২বা মতা—কদাইদা লৈহৌরে তাদা।

মুড়া—আঃ কনাবুনো ইবেম্মা।

লৈশ্রিক—পম্থোবু হায়বা তাদা।

১বা মতা—নত্তে হায়বা তাদা।

লৈশ্রিক—করিমোনে ইত্তাশিবু।

২বা মতা—পোইবৈ চেক্লা লম্বলাববা।
১বা মতা—লোক্তাক লাম্না পাইরকপা
২বা মতা—ইতাই কোন্দা কায়দোংলবা।
লৈশ্রিক—অদুদি নহোয় লৈহৌবো।
১বা মতা—হায়দে হায়দে মাবুনি।
২বা মতা—চেংলো মাগী মুংওনবদি।
মুড়া—( নোকফেৎ তৌবা ) কনানোনে ইবেম্মা।
১বা মতা—ঐঙোন্দা নত্তে তাদা।
২বা মতা—ইতাদা হংঙু তাদা।
লৈশ্রিক—( ইকাই মুংশি য়াম্না ) চংলো তাদা হৌগত্তুনা।
মুড়া—ঐবু ইবেম্মা।
লৈশ্রিক—হোইনে হোইনে।
১বা মতা - থিংঙেন তাইনা ঙমদ্রস্নু চৎচরগে চৎচরগে।
২বা মতা—মাশি খোংদা তাইনদ্রস্নু ঐস্নু চৎচরগে ইত্তা।
খুড়া— কব্রিনোনে ! কব্রিনোনে !!

( মতম অসিদা থাংপোকতোন হোজং য়োরকলে থাংপোকতোন উবদা ১বা মতানা হায়রকই )।

১বা মতা—মপু লাকয়ে চৎসি লাকও ইত্তা।
মুড়া—এঃ মজাইবুংঙো লেংলকলেদনা।

( মত্ত অনি নোকমি নোকমি তোনা থোকপ্রে, থাংপোকতোন কব্রিনো হায়বা য়েংই থাংপোকি উবদা.

লৈশ্রিক খোম্বী লেংলিবা লৈ পুশিন্দুনা ইমুন্দা চংখি।
লৈ পরেং অমদি চিৎথহোরে )।

থাংপোক ( লোল্লপ্লা ) মুমিৎ শীংবুম ১০ নি। ওসি মঙানি হেন্নবা ইশ! তাদা মুড়া অঙম্বা কুমলক্তি্রবরা?

মুড়া—কুমলক্তি্র মজা ইবুংঙো। নপু ননাই লেংখিবদাই!

থাংপোক—ঐদি লম্মাখাংদা লৈহোরে, লোক্তাক মাইকৈ পাংঙুরে।

মুড়া—করিগীনিনা মজা ইবুংঙো।

থাংপোক—করি থোইদোকপা নত্তে। লমলেন লোক্তাক মাইকৈ মুংশিবা লোইবী চীংয়ারম লেমজবা চুমনা য়েংবা চৎলুবনি।
( বা অসি লৈশ্রিকনা থোংজিন মন্নাদা লুমডুনা তাজে)।

মুড়া—ননাইবুস্থ হৌবিহৈদে, থোগল লাংগল কনাস্থ য়াওদনবু।

থাংপোক—তাদানা চানবিবগী ( চংলক্তুনা মুরাদা কমই লৈ পরেং উবদা ) কজরেদা লৈশিদে কদাই পিয়ু তাদা।

মুড়া—( লৈ পরেং পায়খৎতুনা ) ইবেম্মনা লেংবা ওইর মাল্লে। ইবুধৌ থাংজিংনা কুবিয়ু।
( থাংজিং ওনতুনা কৎলে )
থোনবিয়ু মজা ইবুংঙো।
( লৈশ্রিকনা থোংনা অহোবদা য়েংই )।

থাংপোক—কদাইপিয়ু ( লৈ পরেং শিজিল্লি )
( মতম অসিদা পাময়োম হৈবা অঙম্বা হরাও হয়াও চংলকই লৈশ্রিক উবদা ইমুংদা চংখ্রে )।

পাময়োম হৈ—মুংঙাইরেদা মজা ইবুংঙো নত্রা?

থাংপোক—মাগ্নি অভম্বা।

পাময়োম হৈ—মপু ইবুংঙো ময়াথং নুমিৎ শীংবুম মভা ঙসি থোকলে, মজা ইবুংঙোগী বাদা মভাইরে।

মুড়া—মুংভাইরেদা অস্থপ্পা।

পাময়োম হৈ—পাময়োম এরনা শিল্লিদনা শোইবা হৌনরা তমুম মজা ইবুংঙোস্থ নিংথৌ স্না ঈনিদনা য়াথ্রবা বাকমবু, ইবুধৌ থাং-জিংগী থৌজাল লাকখিগনি।

মুড়া—মাতুতা ওইবা ওইরসমু। ননাই মুড়া পেনজগে? হুয়েল লান্দাবগী মরমদি।

পাময়োম হৈ—লান্দবা হায়বসিদি নখোই এখোইগী মতম লাকলেদনা মজা ইবুংঙোনা চানবিবা মতমদা।

( লৈশ্রিক অমুক থোংজিন্দা তাররে থাংপোক্তোগ্না খুমলকপা খোরাংনা ভাইজরি )

মুড়া ইমোম লৈরা? তাসনু কৈদৌগে, হয়েং তোক ও মশেমসে মপু ইবুংঙোনা তাকপিরে, ফথ্রবা থাবাননি, মদাই-রেম এগী ইহুৎশিন ইমোম মাবু কৎকনি তাকপিরে। কয়-দোবা মজা ইবুংঙো।

( মুড়া, লৈশ্রিক থাংপোক্তা মুন্না য়েংতুনা লৈ )।

থাংপোক—পানখৎলকপা মভানি পানবা…মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌগী থৌজাগ্নি।

( লৈশ্রিক নোকমি নোকমি তৌদুনা চংশিনখি মুড়া ইমুংলোমদা য়েংলগা নোকই। )

ড্রোপ

---

# তশুবা মতাং

## অহানবা উৎপা

মতম—অয়ুক

মকম—য়ুম্ফাল লম্বী।

মমম—মৈতৈ অভম অথৌ মচা মনাই কয়াগা লোইননা নিংথিবা অভম অথৌগী ফিজোন তরু তানাননা শেত্তুনা করিগুম্বা অথুবা থবক অমা চৎপগী মতাগুম হোবে হোবে চৎখি।

খারমহাবু অমসুং খাবাতোন অনিসু মৈতৈগী অয়োনবা ফিজেং শেৎতুনা থোকলকই।

খারমহাবু—করিনো ইনাওতোন ভসিসিবু মৈতৈ পোইরৈ পুং অসি ইরাং লাংইদা।

খাবাতোন—মোইরাংনা লালগুমলে হায়রগা মৈতৈ অভম অথৌ পুরমক হেদো-হেয়াং কারিসিবু করিবু তৌরবনো?

খারম—ইচিন ইনাও লাকপসু মৈতৈ মাইথিরে, খুমন য়েরবা মুবাংবা মপারিশিংদো মপাবুং নৈতবদগী মোইরাংনা হুয়েল লান্দাবক্তুনা আলজেল মাং ওইনখ্রে। মাইকৈ কদোম চেনখিবগে পম্বৌ অম্মশিংগে লাকপনি। অদুবু তৌরমলিবা অসিবু ইনাওতোন।

খাবাতোন—এঃ অসোমদা মৈতৈ খরা লাকলে ঐ হংহোগে? করি কায়বা নৈবগে?

খারম—হংউ ইনাওতোন।

(মৈতৈ ফমনাইবা অমগা মনাই অভম মরিগা চংলকই)

খাবাতোন—ইভো ফমনাইবা, ঐখোইদি নৈত লাইর থিবদা মৈতৈ ইরৈপুং লান্দুনা লমদম তান্না চৎচরুরে, ঙসি ইঙোশিংনা খোংলৈ থুনা লেংববু লৈবাক নিংথৌগী করি অরুবা য়াগী.নো ?

ফমনাইবা—হাঃ নখোইদি তাগ্রিবোরে।

খাবাতোন—ঐখোই হৌজিক্তা মৈতৈ পুং য়ৌজরকপনি।

ফমনাইবা—অদুনমিদনা ঙসি মৈদিংঙু ইনিংথৌ থাংপোকতোন কোইরেল ফম্বাল তোংগনি। অদুগী থৌগল কারিবনি।

খারমহাবু -( ঙকনা তারগা ) করি য়ানো অঙম্বা ঐখোইনা তাবদি মোইরাংনা লান হৌরক্লুনা মৈতৈ পুং লোৎখ্রে তাইনা।

ফমনাইবা—হাঃ হাঃ হাঃ খঙদবা হায়বা অদুদি উদবগা পাঙথকনি হায়বদুনি। করি নৈতবা মোইরাংনবু মৈতৈ সনা পুঙয়োল হুয়েল লালদা লৌবা হৌনবরা ? ইনিংথৌ মুরাংবগী মজা ইবুংঙোতোন হুয়েল লানথোংহকপা, পীজা পান্মুদবা, লংজা ঙাকপিহৈবা, হেরাচিংবা থাংগুম্বা, মহাকনা মোইরাং লাম্না খোমদুনা ফম্বাল তোংগে, মচা মনাই য়োককে লান্দারকপনি ’দুনা মৈতৈ অথোবা য়াওনা লানবাংদুনা মৈতৈ পোইরৈ লৌবনি।

খারমহাবু—অদুদি ময়াম্বুংশিংদি কমদৌবা।

ফমনাইবা—কমদৌনি, মৈতৈ মচা মনাইনা য়াদবনিনা চেল্লেদনা মফম কৈদনো খংদ্রে ? ইনিংথৌনস্থ থিবিদ্রে।

খারমহাবু—মুংঙাইজরে অঙম্বা, ঐখোইস্তু কাজরক্নি যুমদদি য়োক্জক্লখিগে ?

ফমনাইবা - ফৈঃ ফৈঃ ( ফমনাইবা অহুনশিং থোকখ্রে )

খারমহাবু—ইনাওতোন ঐখোইনা তারুসি কয়াদা তৈনরবনে করি থোকই।

খাবাতোন লেংলসি খুমন পুংদা।

খারমহাবু—উম ! হুনফদে ইনাওতোন (শোনবা থাংপোকতোন ! থাংপোকতোন !! মহাক উনবনা চুমইনা।

খাবাতোন—মতম চাদে লেংলসি।

খারম—নত্তে ইনাওতোন নং হল্লো খুমন পুংদা। ঐ মাবু উন্নরকখিগনি, নোংঙাইদুস্তু উন্নগনি।

খাবাতোন—খুমন য়েক্লবগী মীনাইনুবী, লমচৎ নাইদবী মাবু করিগী উবিনিংলিবা।

খারাম—লমন শিংলমগে ? ইনাওতোন নং হল্লো নত্রগা ঐহাকপু হৈপোক চীংজিন্দা ঙাইরম্মু।

খাবাতোন—অদুদি ঐস্তু থৌগল তুংইনবনা ফয়োইদ্রা ?

খারমহাবু—মাদুগীদি থোইদোক্তে ইনাওতোন নং লৈহৌরো।

( খারম, খাবাতোন মাইকৈ মাইকৈ থোকখি )

নোংঙাই—( মমিত্তা হরাও ঈরা চেন্দুনা থবাইনদি চেক্লাগুম থুনা পাইনিং, মথোংনদি থাংবা ঙমদা হরাও মং মংদুনা চংলকই। থাপ্না য়েংবদা কংলা উদুনা হায়রক্লই ) :—

শাবী মাঙ্গ মকায়ফম, মৈত্তে পোইরৈ লমন্দুংশি কয়াদা

নিংথিজগ্রবা, আদা তাম্না উরিবা। লৈরোং শানা নিংথিবা নোংদা লাইরেল পাখংবা, কংলা পাকল অরিবা, তুবী মথেক কোনবলম, মৈতৈ কংলানে হায়কো কন্নাদা মতিক নিংথিবা। শাবী ইবুংঙো-নুংশিবা, ননাও ওইবী লাকচরি, খুমন ইরৈপুং শেংনবা, ইবুং ইপুবা কায়নবা কনাগী মশুং-লাংগীনো, মাঙ্গ নশুং লাংগিনি। ইমা লৈমরেনসিদবী, খুমন গুরু পূন্সিবা ইমা খানা চাওনী, রাংব্রেন লৈমা পলেম ও! চীংঙু নখোইগী য়োইচান্নি, মাঙ্গনা ফম্বাল ফংঙবা হৈমন চাবী নমোমনি, লৈমন চিনবী নশুনি. নমোমনা নিংজবা কুবিয়ু মাঙ্গ মকায় য়োঁজগে?

( অসি হায়রগা কন্না মখোং থাংদুনা চৎকে তৌবদা মখোং ফুকপা ঙমদ্রে মখোং য়েংদুনা হায়রকই )

নোঙাই—করিনো তৌরিসিবু ইতা অনিমক, অঙম্বা লোইবী কারকপা কোয়ৌ মৈশা লাংবদা য়াংলৌ লমশাং লাকপদা, য়ৌরবদি হায়না পাম্মু মকায়তবু রাই কৌবা শোল্লকক্ত্রবা ঙসি নহোয় অনিনা পাম্মু কায়না মৈশা লাংলবী, উনিংবনা নুংশি চেংলৌ লাংতকনরবী নতা ঐনা পাম্মু খারাই থোঙ্গাল য়ৌরে। নতা ঐবু, পুজেম্মু হায়বদা মাই হায়না খুম্ববু পঙ্খিরমদাইদা নতা ঐবু হুপ্লেকলমলগে হায়ররা?

( ময়োল থোক্তুবী মুরাই মখোং অনিদো খুমলক্লে )

করিনো রাগঙদবী অনিমক পাম্মু মকায় য়োঁববু নখোয়না থিংবদি ন্নতিকুলা?

(অসি হায়রূনা মথা চিক্কুনা মথোং থাংলকই, খোংকাপ অমা অনি চৎলগা মশাগী অরুম্বা পুন্ডম-দ্রতুনা সুরাগী মখোং অনিদো মালেম নৈদা হায়থ-রকলে, লেংবান্দা য়োমতুনা পুরকপা থোদু সুং অনিসু মালেম নৈদা তাথে, থোদু অনি য়েংলগা খুমন নোঙাই মিত্তা ঈম্বা চেননা পাওমেন্নজরকই।

নোঙাই—থোদু ইতা নহোয় অনিসু নৈহৌরগেরা? মাঞ্জ খোঙ্গুল লিমিননরকপা ঊখোইনৌ ইতা অনিমক, মাঞ্জ খারাই য়োরবদা নতাবু কায়নরগে খল্লবোই ঋবনা পন্দোম লোমলবী চোকথ-পন্থেং য়োরবী, নতা ঐদি পাম্মু মকায় য়োরগে? নুংশি থৌগল ফংলগা ইতা'নিবু লোরগে? নৈহৌরোকো ইতা অনিমক, ঋারোমুকো ইতাশা! ইতা অনিনা নৈহৌবা নুংশি লমলেন অসিবু "ঋাক্রম পন্থোং" হায়না কোলোয় মিখৈরমগেকো নতা ঐনা।

লাইট ওফ

---

# অহুমশুবা মতাং

## অনিশুবা উৎপা

মণ্ডম—অয়ুক

মকম—মৈতৈ কংলা উত্রা শংসুংনি।

ময়ম—শুরুং মথক্কা ফম্বাল অনি থাই ফম্বালগী নাক য়েত্তা চোং পে মথোল ৩ পাথংবা য়েকপা ফিরান, পুমডৌ ঙৌবা

ফিরাল্লা লৈতেংলি। ফম্বালগী মথক্তা থাকন্না নীংখিরি, ফম্বালগী মাং ওইরগা চিথেক অনিদা তা থৌগল নিপা অনি লেপলি ফম্বাল ময়াদা লালহাবা মাইচৌ লেপ্লি। য়েংকা ওইগা ফম্বাল ফিজোন শেৎনা লাইরেল মৈদিঙু খাংপোকতোন অপানবী অহন লৈশ্রিক থোম্বী য়েংথাং ওইথাং থৌগনগা লোয়ননা লেপলি। নাকয়েৎ অকোয়বদা সল্লাই নিংথৌ তরেৎকী খুদা থাই, সল্লাই মচু মচুগী ফিরান খুদাগী তুং ওইরপ ওইরপ য়ুংতুনা লৈরি, খুমন সল্লাইগীদি ফিরাল য়াওদে, মৈতৈ অঙম অথৌ লালগী চৈরাক কুচুগী শংলাকপা হঙ্গাবা খিবিক মাগী মাগী ফিজোন শেত্নুনা লেপলি। কংলাগী শা অনি মথোংদা লৈবা উরি। শাথোংদা থোংঙাকপা অমমম মথুক্তা তা পায়দুনা লেপলি। কংলা উত্রা মুং অসি পুমচিক চিকই, লেংদবা মুংগী শকতমগুন্না হাই হুমদে। অচিকপা থুগাইদুনা লালহাবা মাইচৌনা ফম্বাল লাইশোন শকলকই।

লালহাবা—ইসং চীং লৈহিং চীং ইং ইমৌরেল য়াইবিজম হুম্ তিনপাকলেল, হিং শেন্দ্রেং লৈহি চীং তীলভৌরেল ঐপুখ্রিং চীং তিংঙালাংলেন হাকতকপা তুবী হুং হুং হুং হুং হুং।

লাইরা শোনবা লোইরগা লালহাবা মাইচৌনা ফম্বাল লাংবু খুরুমই অদুগা লাইয়িংথৌ খাংপোকতোন্দা হঙ্গৎলকই।

লাইয়িংথৌ য়েৎকী খেনফমদা স্না খোংয়েৎনা থাংবিদনা, মবু-ধৌগী ফম্বাল লাংদা লেংখৎপিরসি।

(লাইয়িংথৌ থাংপোকতোন খোংয়েৎনা থাংদুনা মনাও ইবেম্মা অপানবীহল, ওইগী খেনফমদা খোং ওইনা থাংদুনা ফম্বাল লাইবক কৎভুনা ফম্বাল লাংদা লেংশিনখ্রে। লালহাবা মাইচৌমা সল্লাই নিংথৌশিং মৈতৈ অঙম অথৌ পূমনমক য়েংঙদনা লাওরকই।)

লালহাবা—ঙসি লাইরেল নোংজাদা মৈতৈ স্না পুঙয়োল কংলা পাকল অরিবা নোংদা লাইরেল পাখংবা চীংঙু মাগী মকায়-ফম, কংলা উত্রা শংনুংদা মৈতৈ, অঙোম, মোইরাং, মঙাং, লুৱাং, খুমন, খাবা ঙানবা সল্লাই তরেৎ তিল্লবা, নোংপোক নোংচুপ খা ৱাং মাইগৈ মরিগী চীংশাং লাকপা য়াওরবা অঙম অথৌশুনা তিনবদা, নিংথৌ অমাইবা চিরাইতাং, লৈবাক অমাইবা খুরাই তাং পাইমা শিল্লেলোম্বা, লৌশিং নৱা শৈদম-পাল মদাইরেম লোইয়ুম মুংবাল লালহাবা ঐনা, লাইয়িংথৌ স্না য়াথং ভুংইম্না লাওজরিয়ে।

অতিঙা য়াইবীরেল শিদবা তাইবং মপু গুরুনা, মালেম তাইবংশেম্বা লোইরবদা মপারি কোনজন তুথোকপদা, পাখংবা হায়বা স্না মিঙ্খে পিদুনা, স্নাপুং মণিপুং ওইবা মৈতৈ পুঙ-য়োল অসিগী ফম্বালসিবু পীবিরে।

মবুধৌ পাখংবনা খুপখুবদা, উকোংলেন, কোংটিংলেম,

থোংঙাইবা, অঙাইবা, থবাই, চেংঙা, য়ুচেং মথং মথং লেংনা পাল্লেদো, সল্লাই তরেৎ খায়খয়ে।

ঙসি লাইরেল নোংজাদা লাইরৈপুং ওইবা মৈতৈ স্না লৈপাক্কী মবুধোশিংনা লৈতেং ওইরমলবা, মৈতৈ স্না ফম্বাল লাংদা য়াইফথোইবা, নমুপোংলক্কুগী মবুধো পাথংবা শাইওন ওইবা লাইরেল মৈদিঙু কোলোই মিংখৈরেল থাংপোকতোন হুয়েল লাম্থোং হকপা, রাইরা শাথোং য়াম্বা পীজা পাম্মুদবা, পীনা হাল্লেংদবা, লংজা ঙাকপিতৈবা, য়োনজা কোকপীহৈবা, পানবা কৈরেন চংফানবা, লাঙ্গোই লমশা ফাবা, চীংবু-লোই তম্বুলোই চীংঙু সল্লাই তরেৎকী পুকোক ওইবা লাইং-থৌনা লেংখৎপিরে।

অসিদগী হৌরদনা রায়েল রাথিনবদা পাংশোইনিক্তা চৈরোইনবা লাইয়িংথৌনা মচা মনাই য়োকপিরগনি, স্না খুত্তা স্না থাংলেন পায়দুনা য়েক্ক-তিংখং মাংহল্লগনি, সল্লাই খিবিকপু চানা কিশি পরৈ চেৎনা পুনবিদুন মৈতৈ স্না লাইরৈ পুং চাবা মরাং কায়, শেংপা মনিং থুং ঙাকপিরগনিয়ে। লৈমরক্তুগী লৈমরেল মনাও ইবেম্মা অপানবীহল লৈশ্রিক খোম্বী কোলোইনা হেমোইনবী, হিবু-য়াইবু চেনবী ইবেম্মনা মালেম ইমাগুম উনবি পুকনিং ইংনা লাইক্তা ঈরেল পুংদোগুম লেমলদনা লাইয়িংথৌ থৌগল তৌদনা, মচা মনাই খিবিকপু পলেম মমা ওইদুনা লাঙ্গোলবিরগনিয়ে।

(সল্লাই নিংথৌ পুমনমক অঙম অথৌ পুমনমক

খুরুখুদক লৈতনা মকোক নোনজৈ। মফম লাংদা ফমখ্রে, অদুদগী পানা থাং নিপা অনি, নাক-য়েক্তগী থোরক্তুনা থোগল তৌখ্রে। থাংগী থোগল লোই-রগা পানা মরিগী তা খোশায়োল লাইয়িংথৌ স্না মাংদা থোগললে। থাংগা তাগা লোইরবদা, চীংগী হাওজোং থোগললে, চীংবুরোই তমবুরোই পানা থাং তা থোগন্দা লাইয়িংথৌগী স্না মিংথৈ লাওরে হাওজোং হেক লোইবদা মৈতে ফিজোন শেংলবা খারমহাবু ময়াম মরক্তা য়াওরমবদগী চোংথোরকতুনা থাংপোকতোন্দা থাংনা থিনগে হেক তৌরকই। মতম অসিদা নিংথৌনা খরা লৈথোকখি, মনাক্তা থোগল্লিবা মনাইশিংনা খারমহাবুগী মখুত্তগী থাং মুনখ্রে, খুৎলাই পায়বা কাংবুনা থাং তা উত্তুনা কোইশিনখ্রে অদুগা লালহাবা মাইচৌনা হংলকই )।

লালহাবা—হায় নিপা নং কনানো? লাইনিংথৌ য়াইবী লৌগে থোরাংবা।

খারমহাবু—মান্নি থোরাংবমকনি।

লালহাবা—নিংথৌ শেমগে থোরাংবা, হায় নিপা নং কনানো?

খারমহাবু—ঐগী মরম খঙনিংবগী

লালহাবা—নংনা য়াথং তৌগদবা নত্তে, মফম অসি নিংথৌ 'স্না মাংনি, তাকতবা য়ারোই নং কনানো?

খারমহাবু—ঐ কনানো হায়বা ঐভোন্দগী কংলরোই

লালহাবা—মরমদি

খাম্মহাবু—ঐনা পাঙথোককে থৌরাংবা শোয়খ্রবা

লালহাবা—য়ারোই হায়দোক্নবা য়ারোই, য়া মীনমবা হায়রবদি লিরেল তাংবা লাংনা শিখিনৈ হায়বা খঙদবরা? নিংথৌ শেমগে থৌরাংবা নংগী য়ায়বী লৌবদা নত্তনা নংগী শাগে নাতৈ নচা নশু ফাওবা মতিক চাবা চৈরাক রায়েল পিগদবনি। নংত্তা হাৎপনা মতিক চাবা নিংথৌ রায়েল নত্তে খঙদবরা?

খাম্মহাবু—মরম থিহ্নুনা কাননয়রোই কদৌঔদেস্‌ ঐডোম্‌গী অচুম্বা ফংলোই।

থাংপোকতোন—(ওনশিন্দুনা) হায়য়ু অথৌবা নংগী নখোল অসি করিগুম্বা মতমদা ঐনা তাখিবগুম তৌই নিংশিংবদি থোকত্রে।

খাম্ম—তারম্বা য়াই মৈতৈ নিংথৌ।

থাংপোকতোন—তাখি নোংমা তাখিবগুম তৌই। হায়য়ু অথৌবা নং কনানো?

খাম্ম—হাঃ হাঃ হাঃ নিংশিংঙু মৈতৈ নিংথৌ নংগী কম্বা থবাই মাংবা য়াবা নরাল।

থাংপোক— (খনবা) থবাই মাংবা য়াবা ইরান ঐগী য়েকনবা।

খাম্ম—(নোকপা) হাঃ হাঃ হাঃ মাম্নি নংগী য়েকনবনি!

থাংপোকতোন—অত্নুদি মোইরাং সল্লাই। নত্তে মোইরাং সল্লাই, করিগুম্বা মতমদা ঐগী য়েকনবা ওইরমলবস্‌ হৌজিক্তি নত্তে,

ঐ ওইদা ভাল্লিবী, মোইরাং সল্লাইগী মতেংনা ভসি ঐনা মৈতৈ কম্বাল ফংজবনি মাদুদি খুমন…।

খারম—মাগ্নি খুমন সল্লাইনি।

থাংপোক—খুমন সল্লাইচা খুমন অথোৌবা খারমহাবু হনবা

খারম—মাগ্নি মৈতৈ নিংথৌ।

থাংপোক—পল্লৌ নপাগী লমনশিংনবা, অয়াম্বগুমনা।

খারম—লমনশিংনবা।

থাংপোক—খুমন অথোৌবা হৌজিক ফাওবা কাওত্রি,লমন খুমনিংবগী মৈচাক, খুমনবুদি মৈতৈনা য়েকনবা ওইনা লৌত্রিনা

(মতম অসিদা মপানলোমদগী থাপ্পা ঈশৈ অসি শকলকই।)

"চেক্লা পায়থ্রবনা পোম্বী হঞ্জিল্লকপদা চেক্লাগী কায়দোংকম খণ্ডবনা পোম্বী কংভাওনরুরে"

(মপালোমদগী ভাইখো, ভাইখো ফাও ফাও! ময়ামমক খোঞ্জেল তাবা মাইকৈরোমদা য়েংনরকই; নোভাই মপান্দগী লাওরকই)

নোভাই—ঐবু ফাবিগনু ঐবু ফাবিগনু পাম্মুই মকায় য়োগে পংলেন চেংলৌ উজগে লমদম ভাম্না লাকচবনি। ঐবু থৎপিনু ঐবু থৎপিনু।

(নোভাই চেনশিল্লকপদা মবুংগী মশক খণ্ডদে, নিংথৌগা লৈশ্রিক খোম্বীগা কম্বাল তোংবা উবদা শাওখিবনা হায়রকই)

নোঙাই—শাবী ইবুংঙো নুংশিবা ননাও লাকচরে পাম্মুবা মৈতৈ
নিংথৌ কাওমননস্থ কাওইদা,
ইবুং তরেৎকী অশাওবা মৈরক্তা
খুমন য়েক্লবা মমাংদা
থমদুনা নোঙাই ইকায়দ
পাখং ম্লাইবী কনখিবা।
নোংমা অহিং অথেংবা,
ইবুং তরেৎনা কোইদুনা
পাখং য়াইবী লৌরমদাই,
ইবুং তরেৎপু শুমদুনা
মাঙ্গ নংবু চেনহনখিবা
লমনদি অসি ওইরেকো॥

থাংপোক—( মখুৎ অনি তিংথোক্তুনা )
লাও পলেম ইমা শকলবী
লোইদাম থাজা তরানি লাঙ্গোলবিরকলবী,
নচাগী য়াইবী থবাই কনবিরকপী
থোকখিবা অয়োন অরান পূন্নমক
ঙাকপিহৈবী ইমা নহাক্না ঙাকপিয়ু
ঐগী য়েৎথং নাতৈ ফমবিদুনা
পলেম ইমা শকনা লাঙ্গোলবিরম্মো॥

নোঙাই—করি হায়বা মৈতৈ নিংথৌ
অসিরা মৈতৈ নিংথৌ নরমচৎ

নংগী তালোইশিংদা চন্দুনা
নখোং হামগে শরি নামুংনখিবা,
নফম থাগে তেমশিনখিবা
অপান্মনা ভাওরবা, নুংশিবনা কিরবা
মোইরাং চন্নু কিবনা নহাকনা
অয়ম্বগী মতোগুম শরি নামুংনখিবা
অসি ওইয়েকো মৈতৈ নিংথৌ।

তাও মৈতৈ নিংথৌজা নংগী খোমলেন মংলান্দা
খুমন চন্নু পোনজেনবী লাইবক থিরবা
নোংবাই ঐনা তালোইশিংদা চন
মংগ্রেম হাগ্রেমনরবদি নিংথৌ পূন্সি ককপা ওইসন্নু।

খারমহাবু—ইবুংগী ইবেম্মা নোংবাই নং ইবুংবু কাওরবরা, ইবুংনা লানখিবা অয়োন অরান অপূম্বা।

নোংবাই—( য়েংথোকলকপা, ময়ামনা মখুঙা খুৎলাই পাম্নবুমা কোইহুনা লৈরম্বা উবদা অমুক নুংশাথিনা কপ্না কপ্না )

নোংবাই - ইশ! য়াম্মুং করি মতৌনি হায়বগে?
ঙসি য়াম্মুংনা নচন লাইবকথিবীগী
তৌবিমল খংদ্রবা মৈতৈ নিংথৌগী
তমথিরবা ঝায়েল চৈরাক ফংলবা।
নচনগী করি পাম্মে লৈজদে,
ইমা পলেম অপোকপি নমোমবু
লেপনমক লোশিনবিয়রো য়েংহৈদ্রে ইমা!

( চেনখোকখি )

থারমহাবু— ইবুংগী ইবেম্মা নোঙাই, ইবুংবু ঙাইরমখো। (চেনগে তৌবা ময়ামনা খুৎলাইনা থিনগে তৌবা চেনবা হৌদবা)

থাংপোক—(নোঙাই চেনখিবা মাইকৈদা)

ইমা অমুক্তা লেংসিল্লকখো। চৎলু কনা লৈ হৌজিকমক নোঙাইবু মফমসিদা পুরকউ।

(মনাই খরা থোকখি)

থারমদা ঐগী অঙন্ অথৌ পূম্নমক খুমন অথৌববু থাদোকউ, পূম্নমক ঐগী ইরাননি। খুমন অথৌবনা ঐগী য়াইবী লোগে থৌরাংলে হেন্না মতিক চাবনি। ঐগী থবাই মাংবা য়াবা ইরাল লৈরবনি, থাদোকউ খুমন অথৌববু থাদোকউ।

(ময়ামনা থাদোকই হেক থাদোকলগা থাংপোক-তোন চংশিন্দুনা মখুৎ পায়দুনা)

থাংপোকতোন—লাও খুমন অথৌবা, ঐবু খুমন য়েরুবা ওইনা খনগন্নু নফম লাংদা অমুক্তা ফমলখো।

মনাই--(মতম অসিদা) ইনিংথৌ সুপী মচা অদু মফম খঙখিদ্রে।

থাংপোকতোন—কদাইদা!

মনাই—কংলাগী হৈনৌ মখোং ময়াদা অদুম থুপখ্রে, লাইনিংথৌ।

থাংপোকতোন—(নুংশাথিনা) মাংখ্রবা!

ইমা লাইরেনবী নচানা ফিগাও শানা ইমাগী য়াথং য়াজরি, লুবাই থোংনা পুজরি। ইমা নংবু নিংথৌ ঐগী ইশাইগোন, নকায় য়ুমজাও শাদুনা লাইরেমা ওইনা লাৎচগে, ঙসি কৌবা নোংদগী "য়ুমজাও লাইরেনবী" হায়না ইমাবু মিঙ্খেজরগে।

মতুংদা লাকদবা মৈতৈ নিংথৌ খুদিংমক ইমা লাইয়েন্‌বীবু ঈরাৎতনা কোইরেল কম্বাল তোংবা থোকলবদি নিংথৌ পুন্সি ককপা ওইসনু।

(নিংথৌ কম্বান্দগী মাম্বখি, ময়াম চেনশিন্দুনা কোদখৎলি)

---

লোইরে।

